they being responsible for the outrage. The Government of India has this subject under its consideration, and you will perhaps be able to suggest some suitable measures. In order at once to impress upon the people of Manipur the gravity of the offence which the state has committed, the palace buildings or portion of them might posibly be demolished. You might also obtain some portion of suppliers your force will require by the levy of a fine in kind. But remember that it is not desirable to drive the Manipur people into further resistance, or to make them more difficult to deal with there after. Let any penalty imposed be just and deliberate, and take care that when punishment is being inflicted, the strictest discipline is maintained. If the palace buildings are demolished take care that any sacred objects are as far as possible respected." হায়না ইরি। অদুগীসু মথক্তা মথক থোংবদগী হায়রিবা থবকশিং অসি তৌদ্রিঙৈদা থবকশিংদুগী চপ চাবা অকুপ্পা রেকোর্দ অমদি ফোটোগ্রাফনচিংবা লৌহৌনবগী ৱাফমসু খঙহল্লকপা লৈখ্রবনি। হায়রিবা ৱাফমশিং অসিগা মরী লৈননা অহানবদা “মণিপুর ফিল্ড ফোসকী লুচিংবা জেনরেল কোলেটনা মণিপুরগী প্রজা মীয়ামদা অতৈ ওর্দর অমা থোক্ত্রিবা ফাওবগী মনুংদা মণিপুরদা কনাগুম্বা মী অমত্তনা নোংমৈ খুৎশু-খুৎলায়-থাঙশাংনচিংবা থম্বা য়ারোই, নুমিৎ ৭ নিগী মনুংদা মণিপুরগী লানবল (মণিপুর ফোর্ট) দা চীফ পোলিটিকেল ওফিসারদা থিনগৎলক্কদবনি। ওর্দর অসি থওইদদুনা কনাগুম্বনা থল্লম্বা থোক্লবদি মদু হাৎপা নৎত্রগা মপানদা থাদোকপগী দন্দি ফংগনি”

"The General Officer commanding the Manipur field Force here by gives orders to the subject of the Late Regent of Manipur that until further orders no person in the state Manipur is permitted to possess fire-arms and swords, which must be produced before the Chief Political Officer at Manipur Fort within seven days of this notice. Any person found in possession after the issue of this order will be liable to punishment with dead or transportation" হায়বনি। মসিগী মতুংদা এপ্রিল ৩০ দা বৃটিশনা মখোয়গী মরু ওইবা ওফিসারশিং য়াওনা ফুমখিবা মশাশিং অদু লৈনুংদগী লৌথোক্তুনা আর্মিগী চপ চাবা ইকায়খুম্নবা অদু উৎলবা মতুংদা অমুক ফুমজিনখি। ৱাফম অসি পাইওননিয়ার, এল্লহবাদ ১৮৯১ গী লমায় ৭৭-৭৮ দা শুগায়না পল্লি-

## PURSUIT OF THE FUGITIVES

The three columns, as an avenging army, were, as has been seen, baulked in their mission: they marched into the Pat, or fortified enclosure, at Manipur on the morning of April 27th, without a shot being fired at them as they passed along the roads, and within a few hours of their arrival General Collett was framing orders for the return march of two-thirds of the troops.

On the morning of April 28th, ninety Mounted Infantry, drawn equally from the King's Royal Rifles, and the 12th Burma Infantry, under Lieutenant John Dewar and Eustace, started in pursuit of the Regent's party.

## FUNERAL OF THE MURDERED OFFICERS

A committee, consisting of Colonel Mitchell, Major Max well, Captain Boi!eau and Dr. Calvert, examined the spot in the Residency compound where the bodies of Mr. Quinton and five officers were reported to be buried. Nine bodies were exhumed, two being in the Residency compound and seven just outside, near the north-west corner of the polo-ground. Four Gurkhas had been buried with the British officers.

The unanimous feeling of the force was thoroughly expressed by the *Pioneer's* correspondent who wrote:- "Those who are preaching mercy, and maundering about the consideration due to Native States, should have been here when the bodics were exhumed and the painful task of identiflcation was sorrowfully gone through. They would then perhaps have realised, to the full extent, how treacherously the lives of the five British officers were taken, and how helpless we now are in the matter of inflicting punishment upon those who connived at, and even instigated, the massacre.

On the 30th April, General Collett read a funeral (service over the bodies of the officers). Minute guns were the cortége procceded to the burial-ground, and the King's Royal Rifles' firing party fired three volleys over the graves where the victims lay sleeping. Each of the regiments with the force furnished a company to take part in the

procession, and the streets were lined by Gurkhas, and so, in the presence of their countrymen, and of a few Manipuris, the murdered oficers were laid to rest.

বৃটিশ য়াওনা হাৎখিবগী পাউসি মালেমগী খবরশিংদা হেদলাইন তৌই - "Dogs gnawed their bones, Terrible facts of the European who were captured at Manipur", "The revolt in Manipur. Mr. Quinton beheaded and his party shot or speared. This bodies hacked up and thrown to the Dogs" হায়বনচিংবা তোঙান তোঙান্না রিপোর্ট তৌনখিবা মালেম পূম্বনা মীৎ লাওনা পাংথোক্লদুনা য়েংনরকখিবা য়াম্না ইকায়বা নুংঙাইতবা থৌদোক অমা ওইনা বৃটিশতা থোকখিবনি অদুনা কংলা মনুংদা চঙবা মতমদা কংলা মনুংদা লৈরম্বা পোৎ-চৈ কয়া চখাইখি, মৈ থাখি, সনা কোনুংগী শরুকশিং মাঙ-তাকহনখি - মাঙহনখিবশিং অদুগী মনুংদা কংলাগী সনথোং, চিরাইথোং, হোগাইবী থোং, শ্রীগোবিন্দগী মান্দব, শ্রীগোবিন্দ লাইশঙগী মথক্কী সনা মপাক, শ্রীগোবিন্দগী দলানগীদমক চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজনা জয়পুরদগী (রাজস্থান) পুরকপা মার্ব্বল মপাকনচিংবা য়াওরি। মথক্তা বৃটিশশিংনা রিপোর্ট তৌনরিবা কংলা শা মমাঙদা বৃটিশ লান্মীগী ঈ অদু পণ্ডিতশিংনা ঈরাৎদা কংলা শা অনী অদুগী মচিন্দা ঈ তৈশিনখি হায়না লৌনরিবা কংলা শা অনীদু এপ্রিল ৩০ গী নুমিদাং ৱাইরমদা কেপ্টেন এলেন অমসুং লেফটেনেন্ট কাসগ্রেন, রোয়েল ইঞ্জিনিয়ার অনীনা কংলা শা অনী অদুগী মচিন্দা হাৎখিবা বৃটিশশিং অদুগী ঈ তৈশিল্লমই হায়বগীদমক দিনামাইট চন্দুনা শা অনী অদু কাপখাইখি। হায়রিবা অসিগী মতাংদা চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না ইরি - "ইঙা থাদি নোংমাইজিংনা হল্লকএ। ... ১৪ নি নিংথৌকাবা ... উত্রা মমাঙদা লৈবা চেকনা শাবা নোংশাসু কাপখাএ" (ইঙাগী ১৪ নি পানবা নিংথৌকাবা, জুন ২০, ১৮৯১) য়াম্না মরু ওইবা নুমিৎ অসিমক্তদা নুমিৎ অনী থোরকপসি য়াম্না লাইবক থিবনি হায়না লৌজে। কংলা বৃটিশনা শজিবু ১৮ নিংথৌকাবা (এপ্রিল ২৭, ১৮৯১) দা পাইশিনখ্রবা মতুংদা কংলা মনুংগী মরুওইবা মফমশিং থুগাইবা য়ানখিবগী ৱারী তাই, মথক্তসু তোঙান-তোঙানবা রেকোর্ডশিংদা য়ুম্ফম ওইরগা ফংজবদু থমজখিবনি। অদুবু কংলাশা থুগাইবা, কোনুংদা লৈবা লাইরিকশিং মৈ থাখি হাইনা অহানবা ওইনা থেংনজখিবশি ইবোচৌ, চিত্রেশ্বর অমদি কুলচন্দনা ইবা "মৈতৈ বামোন হৌরকফম" দা ইবিরিবা লাইরিক অসিগী লমাই ১০-১৩ ফাওবদা পুয়া লাইরিক ময়াম য়াওবা থেংনখি,

লাইরিকসিমক্কী লমাই ১৭ তগী লৌথোরকপনো হায়বদু ইদুনা য়াওরি মদুদি শ্রী লাইশ্রম মঙ্গি সিংহ, ৱাংখৈ ব্রহ্মপুর অমদি শ্রী লোংজম মণি সিংহ, উরিপোক পোলেম লৈকাই অনিনা ইং শোক ১৯৬৯ দা ফোংখিবা "মৈতৈ পূরান মণিপুর" ইতিহাস সুরচান্দ্র, কুলচন্দ্র, টেকেন্দ্রজিৎ চরীৎ, বিজয় পঞ্চালি, পঞ্চম খন্দ হায়রিবা লাইরিক অসিগী লমাই ১৬৯-১৭১ দগী লৌথোরকপনি হায়না ইবা থেংনৈ। হায়রিবা লাইরিক অসিগী খুৎই লাকই লোন্দা-পুয়াগী মতাংদা মুন্না য়েংলুরগা ঙসিগী মীরোলনা মাগী-মাগী তোঙান-তোঙানবা মীৎয়েং লোমদা থম্নরগসু হায়রিবা লাইরিক অসিমক্তী মণিপুরগী নিংথৌ বোধচন্দ্র মহারাজগী সনা য়াথং মতুংইন্না কোনুংগী কুম্বাবদগী লৌদুনা সনায়াথং মতুংইন্না লেংথোক্লগা ফোংবা লাইরিক অমনি। হায়রিবা লাইরিক অসিদা করম করম্বা পুয়া লাইরিকশিং মৈ থাখিবগে হায়বদু য়াওবা থেংনৈ। বিজয় পঞ্চালি, পঞ্চম খন্দগী লমাই ১৬৮-১৭১ ফাওবদা য়াওরিবা পুয়াশিং অদু থমজগে, (৩) মণিপুর অসিদা সাহেপ্পা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লে। মেক্লোপ বড় সাহেপকা কর্নেল সাহেপকা তানদুনা কোনুং থুগায়রকই। পানা ৪ গী মী ফাদুনা থবক শিজিন্নে। (৪) লমহেনবা য়াদববু ফিবুন্না লিচৈনা য়ৈয়ে। কোনুংগী মমাঙদা লৈবা নোংশা অনি থুগায়রে। লুখ্রবা নুংগোইবীগী নুংথোঙ থুগাইরে। মী কয়া ফাদুনা ফিবুন্না য়ৈদুনা থবক শিজিন্নে। (৫) মনুঙ কাঙজৈবুঙদা মণিপুরগী পূরাণ পুনমক হোন্দোক্তুনা লাইরিক পূম্নমক পৈশিল্লগা মৈ থায়ে নুমিৎ ৭ নি শুবা ফাওবা মৈ চাকপা লোইদে মণিপুর মীপুম মীপুম খুদিংমক মিৎতা পি তাদুনা কপ্লে হায় হায় তোনখ্রেদা মপোক হায়দুনা থম্মোয় চাক্লখি। (৬) থাখ্রিবা লাইরিকশিংগী মমিং খরদঙ লেঙজগে লোইনা থাবা লেঙবা ঙম্মোয় মরু-মরু ওইবা খরদঙ লেঙজরি। শিঙকক শিংথা, শিথেক হিঙশিক, সঙ্গাই ফম্মাঙ, সলাই সগোক, লাইরিক মমিংনি। (৭) ফম্বানলোন, শিংথারোন, পূদিন, কোনথারোন, কুম্বাবা, লাংথবান লোন, তাওরোইনাই য়াংবী, পাখংবা নাওয়োম, তাওরোইনাই পিচা, সনামহি নাওয়োম। (৮) পাখঙবা য়াঙবী. সনামহি লাইহুই, সনামহি লমহিং, পাখঙবা লাইহুই, সনামহি লাইকললোন, লৈথক লৈখারোন, নোঙলেন লাইচম লৈখা পোনখারোন। (৯) নোংলেনক্রাখোঙ, লৈচিন লোন য়ুম্বী, নোংলেন লৈচিনলোন, নোঙলেন য়ূম্বী, লৈরেন য়ুমশেৎপা, নোংদোন লাংবুম, লৈমদা হাওবা লৈচিনলোন। (১০) লৈচিনলোন নাওয়োম, পাতাল্লাংবুম, থিরেন শাকোক, থিরেন লাইচম, থীরেন লৈরালীবা, থীরেন শিঙকাপ, থীরেনলাইয়াৎ, খুন্নুংশিংকাপ। (১১)

থীরেনক্রাথোং, থীরেন থিবোঙবি, শিবিকা লাইশবা, থীরেন চেকপি লাইরিক মমিংনি। নোংশাবা খূনথোক, পাখংবা থিরেন, নুঙবিনুঙহারোন, সনামহি থিরেন। (১২) থৌৰানমিচাক খেঞ্জুংলোন, নুমিৎ কাপ্পা, থাখেঞ্জুংলোন, থিরেলনানম্বা, তাওমা হিগাই কোলোন, ষণগাও, নোংমৈ পুরান, চৌদিৎ লাইকাও। (১৩) লৈশাঙখোঙথিরেন, লাঙ্গোল থীরেন, যুম্বীথীরেন, হৈপোপ থিরেন, লাঙ্গোল থীরেন, নোংমাইজিঙ থিরেন, ললাম্বুং লানখৈ, কৌব্রু লাইথৈ, থোইমহৌ, থাঙজিঙ লাইখৈ। (১৪) চিঙখৈ সেক্লিঙ, চান্দা মহৌ, নোংলেন যুম্বী, চিঙঙা লানখৈ, নঙলোনখ্রা, নুঙলোনয়াঙবী, ৰাঙবরেন শেক্লিং, নুঙলোন লাইচম, নুঙলোন লম্বুবা, শাগোক লাইচম। (১৫) মহৌ লাংবুম, মহৌ শেক্লিং, যুম্বী মহৌ, মহৌচাদ দাখেল, লেমথোক মহৌ, মহৌ কাফী, শাকোক তানথোং মহৌ, লৈহৌ য়াইয়োক, থেলখেল মহৌ। (১৬) নোঙয়াই মহৌ, লৈচাই মহৌ, থেনগা মহৌ, নোঙলোন, লৈরোন মহৌ, চকপারোন মহৌ, চঙপরোন থোংঙাবা, হিরি লঙসু মহৌ, কোননা নুঙবু কোয়বা, কিমবুম মহৌ। (১৭) চকপারোন, থেবরোন, থীয়াইরোন, নোঙদোন হিরি, খুনুঙ শম্বুং, মরামলোন, চুড়াকলোন, মরাক লোন, পাকলোন, ঙাপোক লাংবুম লোন, খীবী খেল্লোন। লাইরিক মমিংনি। (১৮) খাবিরোন, চরাপলোন, চোঙখুরোন, নোংমাইজিং চিঙ্গোইলোন, উরোন ৰারোন হৈপোক চিঙ্গোই লোন, গ্রীলংশসুংলোন, কৌব্রু চিঙ্গোই লোন, চিংখাং চিঙ্গোই লোন। (১৯) সমজোকঙম্বা, জিলাপৰ্ব্ব, চোংখু লম্বী। কুমজেং কুকফাই লোন, খুম্হোক য়াইবী, খুনুঙ পূমলোইবা, শিবিকা, শিঙশৎলোন, সংবূম লাংবূমলোন, থায়াংহিবূ লকোন। (২০) সিঞ্জন লাঙখনলোন, শিঙথা পূদিয়ান, পোইরৈতোন খুনথোক, য়ারৌ লাঙ্গালোন, পোইরৈতোন নিঙচিৎ, খাবক খাঙজিংলোন, পাফন উহৌরোন, নুমিৎ খেলচংলোন। (২১) সেললোই নিঙচিৎলোন, মহৌ য়াঙবী, সনা শেক্লিঙ সনামহি থৌরেন, খঙঙোই য়াঙঙোই শেক্লিঙ, কুমজন ইরাৎ, পাখঙবা ফম্বাল, লাঙঙন লাঙদায়, লাই সনাফম্বাল। (২২) নারোৎ গীতা, নঙলোন ফম্বান, নুমিৎ লৈচিনলোন অসিনচিংবা লাইরিক কয়ানি, মশিং থাদুনা লোইবা ঙম্মোয় মণিপুরগী লাইগা ৰা ঙাংনবা ঙম্বা গুরুশিং খিবিক্লা মাঙদা ওইখ্রবা তুঙদা ওইরক্কদবা ইদুনা তুঙদা লাক্কদবা মচা মনায়শিং খংহৌনবা হায়দুনা থনম্বা পূরাণ ইতিহাস কয়ানি থাদুনা লোইবা ঙম্মোয়দবনি। অপিকপা অচৌবা লাইরিকশিং অসি ঈশ্বরগী শ্রী মূর্ত্তিনি। (২৩) পৈবদা চিংগুম্না উই অদুবু ধৰ্ম্ম লৈতবা সাহেপ্পা অমা পাথোকহন্দুনা

মৈ থাবদা নুমিৎ ৭নি চাকপবু লোইবা ঙমখিদে। মায়গৈ ৪গী অউ অউবা মী ফাদুনা য়েদুনা চৈদুনা মখোয়না তৌনিংবা কর্ম্ম তৌই কনানা থিঙবা ঙমখিদ্রে। (২৪) হায়বদা খজিক্তা য়াদবা অমসুং শোয়বদা ফিবুননা লীচৈনা হাৎকদগুম য়ৈ, পোৎথাহন্দে। মণিপুরগী অথূপ্পা লাইফম, খাথোং লাইখোং মরোংখোং। লৈপাক হৈদুনা ফূজিল্লি অচৌবা অপিকপা পুখ্রিশিং লৈপাক হৈদুনা ফুজিল্লি। অসিনচিংবা লাইফম উজার ওইনা মাংহল্লে খূৎলাই পূম্নমক মাঙহনখ্রে। (২৫) কালেন থাগী ১০নি পানবা নিংথৌকাবদা সাহেপকী মখৈ তান্নদুনা কংলা শুরুং মেল্লে। নুমিৎ অদুদা খাংজেং নুং ফুক্তুনা লংথোই। নুংকায়া ফুক্তুনা তৌনিঙবা কর্ম্ম তৌই। (২৬) নুমিৎ অদুগী অহিং অদু অঙকপা উপদ্রোপ তৌদুনা কিনবনা তুম্নাবা ঙমদ্রে। অদুগা পূকচত্তুনা (মখোং হামদুনা) সিফাই য়াম্না হোন্দোকপা ঙমদনা শিরে অদুগা সাহেপ কয়াসু শিরে লৈবঙমদদুনা কায়দুনা চেল্লি ঈশ্বরগী তৌবঙম্বা শক্তি উবদা য়াম্না কিনখি।

মথক্কী (২৫) শুবদা য়াওরিবসি কালেনগী ১০নি পানবা নিংথৌকাবা করি তারিক তাবগে? কংলাগী শুরুং মেনবা নুমিৎসি মে থাগী ১৮, ১৮৯১ তাই অদু ওইরবদি বৃটিশনা উত্রা মমাংদা লৈবা চেক্লা শাবা নোংশা কাপখাইএ হায়না চৈথারোল কুম্বাবগী লমাই ৪৯৩ দা ইংঙা থাদি নোংমাইজিংনা হলএ, থুগাইখিবা নুমিৎ জুন ২০, ১৮৯১ দনি হায়বসি খরা চান্নবা ৱাৎলি হায়না ফাওজরগা বৃটিশনা মখোয়গী ওইবা রিপোর্ডতা এপ্রিল ৩০, ১৮৯১ দা থুগাই হায়না ইরি - Demi official letter dated Camp Manipur, the 30th April 1891 from Major F. Gwatkin to F.C. Duakes - "Today we blow up two sphinx, whose months were smearded with the blood of the Victim" - Distrubances at Manipur (1891) হেন্না চাশিন্নব্রা হায়বসি ফাওজবগা লোইননা মথক্কী পোইন্ট (৫) অমসুং (৬) তা হায়বগী মতুংইন্না মৈতৈগী মরুওইবা পুয়া লাইরিকশিং অসিসু হন্দোক্তুনা মনুং কাংজৈবুংদা পৈশিল্লগা মৈ থায়ে নুমিৎ ৭নি শুবা ফাওবা মৈ চাকপা লোইদে হায়রবদি শজিবু ২১/২২ শগোলশেল এপ্রিল ৩০, ১৮৯১ ফাওবা চাকপা লোইদে হায়বসি চুম্লদ্রা হায়বসি ফাউজৈ অদুগীসু মথক্তা "বিজয় পঞ্চালি, পঞ্চম খন্দ" হায়রিবা লাইরিকসি কোনুংদা লৈবা চৈথারোল কুম্বাবদা য়ুম্ফম ওইরগা ইবনি হায়না পল্লি। অফংবা রেকোর্ড পুম্বা থমজবগা লোইননা মরুওইবা নুমিৎসিগী চপ্ চাবা নুমিৎ অদুদি অখঙ অহৈশিংনা লেপ্পীবা ওইরসনু হায়না থমজনিংই। তশেংনমকসু কংলা মনুংদা লৈরিবা কংলা শাদগী হৌরগা লৈরিবা লাইশং য়াওনা

মাংহনখিবদু হকচিন্না লৌজে অমদি অচুম্বা পুৱারীদুমদি লৈপাক মীয়াম খঙহনজনিংই অখঙ-অহৈশিংনা নৈনজরসনু। ইশাগী ওইবা ওইনদি রেকোর্ডশিংদা য়ুম্ফম ওইরগা ওইথোকপা য়াবা, ওইবা য়াবা, ওইফম থোকই হায়না কুপ্না নৈনজরগা মাংলমচৎতা থোকখিবা ঙসিগী মীরোলনা, তঙাইফদনা খঙদবা য়াদ্রবা থৌদোকশিংগী লীখুল অদু লিদুনা অচুম্বা অশেংবা নুমিৎ থাবান তারিক থল্লম্বা, পুৱারীবু চয়েৎনবা থোক্তনবা থিজিন হুমজিনবা হায়বশিং চাদা নাউদা ওইরিবা ঐখোয়গী তঙাই ফদ্রবা ইথৌদাংনি থমজবনি, অদুবু অখং-অহৈশিংনা মতম মতমগী অচুম্বনি অশেংবনি হায়না পুথোকপিরকপা খুদিংমক ইজরিবা ইশামক্কী খন্না ওইনসু য়াজগনি। অসুম্না তঙাইফদবনি হায়না লৌদুনা হায়রিবা থবকশিং অসি পাঙথোকখ্রবা মতুংদা বৃটিশকী মখূৎতা মণিপুর তাখ্রে, কংলাদা পাখঙবা য়েকপা অঙৌবা ফিরালগী মহুৎতা বৃটিশকী য়ুনিয়ন জেক ফিরাল পাইখ্রবা মতুংদা হেনরি এসটি. পাট্রিক মেক্সৱেল, এল এস আইবু মণিপুরগী চীফ পোলিটিকেল ওফিসার অদুগা বৃগেদিয়ার জেনরেল, এইচ কোলেটপু মণিপুর ফিল্ম ফোর্সকী কমান্দার হাপখি।

কুমজা ১৮৯১ গী মণিপুর অমদি বৃটিশ লৈঙাক অনীগী মরক্তা চথখিবা লাল অসিদা নাকল অমরোমদা মায়থিবা নংখিবা অঙকপা নত্তে অদুগা অমরোমদা মালেমগী লৈপাকশিংনা য়াম্না ঙক্লা মীৎ লাওথোকক্তুনা য়েৎনখিবা বৃটিশকী মায় খুবা লানফম অমনি। ১৯শুবা চহীচা লোইশিল্লক্লমদাইদা মফম অয়াম্বদা বৃটিশকী লোইলম লৈঙাক শন্দোকখিদুনা মালেমদা বৃটিশ ৱায়েল লৈঙাক নুমিৎ তাদে হায়বা হায়নরিবা খূৎকন পাঙ্গলবা লালদা হৈ-শিংলবা, খূৎশু-খূৎলায়দা, লান্মীদা মশীং ৱাৎত্রবা, অনৌবা খূৎশু-খূৎলায় মরাং কায়না লৈরবা বৃটিশ লৈঙাক অমগা লাল শোক্লনি হায়না থৌনা হনবা লৈতনা শোক্লখিবা অদুতা নত্তনা করিগুম্বা মখলগী লাল লাউথোকপা তৌদনা অহিং নোংয়াই চবুক্তা কোনুংদা লান্দারকখিবা বৃটিশকী মায়োক্তা মশা ঙাকথোকচনবা, খূৎলায় পায়খৎপা য়াননবা লাল লাউথোকপা ঙম্বা নিংথৌ পানবা লৈপাক অসিগী থৌনা শীংথানিঙাইনি। অসিগুম্লবা লানফম অসিনা ঙসিসু মণিপুরগী পোলিটিকেল ষ্টেটস, ফুরুপকী থৌনা লিংজেল মালেমদা হিংদুনা লৈরি, মরৈপাক মরমদমবু নুংশিজবগী ঈহুল নুমিৎ থানা লৈরিবমখৈ মুৎনাইদনা লৈহৌরগনি।

# বৃটিশকী ৱায়েল

বৃটিশকী কোলম অহুম্না কংলা পায়শিনখ্রবা মতুং মেজর মেক্সৱেলনা মণিপুরগী চীফ পোলিটিকেল ওফিসার ওইরে ই. এস. সীমেস, চীফ সেক্রেটরীনা রাঙ্গুনদগী এপ্রিল ১১, ১৮৯১ দা লাউথোকই।

**Correspondence relating to Manipur (1891), No. 17**

Whereas the Regent of Manipur has rebelled against the British Government and has on the 24th March last, treacherously murdered a number of British Officers; and whereas troops are now being sent to Manipur to capture and punish the said Regent and those of his councillors, Generals, and followers who were concerned in the above outrage; and whereas it is probable that these persons will flee on the approach of the Barirish troops.

This is to give notice that any such persons taking refuge in Burma are to be seized and delivered up to the nearest Magistrate or Police Officer, and that rewards will be granted as stated below for the capture of the persons named:-

মণিপুরগী নিংথৌনা বৃটিশ সরকারগী মথক্তা লান হৌবা মরম্না অমসুং হৌখিবা মার্চকী তাং ২৪ দা বৃটিশ ওফিসার কয়ামরুমবু বিশ্বাসঘাট তৌদুনা হাৎখিবা মরম্না মথক্তা পনখ্রিবা নিংথৌ অমসুং মহাক্কী অঙম-অথৌশিং, জেনরেলশিং অমসুং তুংইনবশিং দন্দি পীরুনবা লান্মী থারকপা মরম্না বৃটিশকী লান্মীনা চঙলকপদা মীশিং অসিনা চেনখিবা য়াবা মরম্না খঙহল্লি মদুদি অসিগুম্বা মীওইশিং অসিনা বর্ম্মাদা লৈরবসু ফাগদবনি অমসুং খ্বাইদগী নকপা মাজিষ্ট্রেট নৎত্রগা পুলিস ওফিসারদা পীথোক্কদবনি অমসুং মখাদা মিং পল্লিবা মীওইশিং অসি ফাবা ঙম্বা মীওইদা মনা পীগনি-

1. The Maharaja Regent - Reward Rs. 5,000/- Description - Age 35 years; very stout; dropsical; height about 5 feet 8 inches; complexion darkish; small moustache.

১। মণিপুরগী নিংথৌ - মনা লুপা ৫,০০০/- মীওই - মতৌ - চহী ৩৫, য়াম্না নোয়-পেল্লি, অঙাং ওইরিঙৈদা লাইথোকখিবগী দাকফম লৈ, ফুট ৫ ইঞ্চি ৮ লোম ৱাংই। কুচু-পুলৈ-কুচুদা খরদং মুশিল্লি, কোইদি খরা তেন্না থাকই।

2. The Senapati - Reward Rs. 5,000/- Description - Age about 32; taller than Regent; stoutish; very strongly built; small moustache and whiskers; one of his front teeth slightly broken.

২। সেনাপতি - মনা লুপা ৫,০০০/- মীওই - মীতৌ - চহী ৩২ রোম, মহারাজদগী খরা হেন্না ৱাংই, নোয়রপ তৌনা মশা তাশিল্লি, কোইদি তেল্লপ্পা মতোন উরু-রু লৈশিল্লি, খদাংদসু কোই হৌই, য়ামাং অমা মতোল খজিক্তং তেকই।

3. Dolairoi Hanjuba - Reward Rs. 2,000/- Description - Age about 25; stoutish, tall; daskish complexion; very small monstache.

৩। দোলাইরোই হঞ্জবা - মনা লুপা ২,০০০/- মীওই -মতৌ - চহী ২৫ লোম, নোয়রপ তৌই, ৱাংই, কুচুদি পুলৈ কুচুনি। মকোই য়াম্না তেল্লি।

4. Zilla Singh - Rewards Rs. 2,000/- Description - Age about 22; short and slight; fair complexion; no monstache.

৪। জিলা সিংহ - মনা লুপা ২,০০০/- মীওই মীতৌ - চহী ২২ রোম, নেম্মী অমসুং মশা পায়, কুচু ঙৌই, কোই হৌদে।

5. Thangal General - Reward Rs. 2,000/- Description - Age about 80; fair complexion; short stoutish; hair quite white; very much bent.

৫। থঙ্গাল জেনরেল - মনা লুপা ২,০০০/- মীওই মীতৌ চহী ৮০ রোম, নেম্মী অমসুং মশা পায়, কুচু ঙৌই, নেম্মী অমসুং নোয়- পেল্লি, মশম পুমঙৌ ঙৌরে, ময়াঙ য়াম্না কোল্লে।

6. Niranjan Subadar - Reward Rs. 1,000/- Description - Hindustani; age about 35.

৬। কুমজা ১৮৯১ গী মে থাগী লোইরমদাই অসি ফাওবদা মহারাজ কুলচন্দ্র সিংহ, অঙৌসনা সেনাপতি, জিলাঙম্বা শগোলহঞ্জবা, থঙ্গাল জেনরেল, চোংথা মিয়া মেঙ্গোর, শামু সিংহ লুৱাং নিংথৌ, নিলমনি সিংহ অয়াপুরেল, লোকেন্দ্রজিৎ সিংহ ৱাংখৈরাকপা, অরুসিং উসবা, অবুংজাও য়েংখোয়বা, খম্বা সিং লাইশ্রাবা, ঘন সিংহ খোংদ্রা, চাউবী হায়দর মচাহল, ধোজো সিংহ ময়েংবা, নোনি সিংহ নেপ্রা, মচাহল, ট্রিলোক সিংহ নোংথোনবা সতৱাল, ধোনো সিংহ শগোলশেম্বা, নিরঞ্জন সুবেদার, পুখ্রম্বম কজাও, চরাই থঙ্গালনচিংবশিং ফাগৎখি। মতাং অসিদা মরু ওইবা অথৌবশিংগী ফাখিবগী মতাংদা নিরঞ্জন সুবেদারসু অমনি, মহাক মীওই - মীতৌ চহী ৩৫ রোম সুরে, বৃটিশনা মহাক ফাবদা মনা লুপা ১,০০০/- পিনি হায়না লাউথোকখিবা মরুওইবা অথৌবশিংগী মরক্তা অমনি। মহাক ফাখিবগী মতাংদু মখাদা ইরি।

From the Chief Political Officer, Manipur to Foreign Secretary, Simla May 2, 1891 - 132 Second May. Niranjan Subadar arrested to-day 100 men 43rd left to arrest Regent and Zilla Gumba. The Senapati and Angao Sena have continued fight. Disarament proceeding satisfactory.

Thangal General - From the Chief Political Officer, Manipur, to the Foreign Secretary, Simla May 8, 1891, 137, 7th May. Thangal General surrendered himself to-day and is now in custody.

মহারাজ অমদি থঙ্গাল জেনরেল - No. 259 M. Following message, dated Kaithemanbi, 8th May, received from Chief Political Officer, Manipur :- Begins 139, 7th May. Thangal General surrendered himself to-day and is now in custody . Ends, chief Political Officer, Manipur, to the Foreign Secretary, Simla, 140, 8th May. The Regent captured by Manipuris and brought in to-day and is in custody.

চোংথাম নিলমনি অয়াপুরেল/মেঙ্গোর - 1013. Manipur 8th May. Major Maxwell's men have to-day arrested Aiya Parel, a Major in the Manipuri army and Minister of the Darbar. This is an important capture. Maxwell hopes some important arrests will be made the next few days.

অঙৌসনা সেনাপতি - From Viceroy to Secretary of state - Collet telegraphs, 18th :- "Prince Angou Sana known to Manipuris as

Senapati was arrested to-day by Major Maxwell's men, and is in custody. মতাং অসিদা বৃটিশ রিপোর্টশিংদা মহারাজ, যুবরাজ অমদি সেনাপটিগী মতাংদা চমম্নবা টেলিগ্রাফ থাদোক থাজিনদা চমম্নবা লৈরকপদগী সেক্রেটরী টু চীফ কন্মিস্নার, অসামদগী দেপ্যুটি কন্মিস্নার, নাগা হিলসতা থাবা Telegraph dated Shillong, the 2nd April, 1891 - Following telegram has been sent to Deputy Commissioner, Silchar, about designations to be adopted for Manipuri people :- Begins: "To prevent confusion, let us call man in Culcutta Maharaja, the next brother in Manipur Regent, and third brother Senapati", Ends, please adopt this arrangement.

যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ ফাবগী মতাংদা চৈথারোল কুম্বাবগী লা: ৪৯২ - "কালেন থাদি থাংজনা হলএ। ... ১৫ নি থাংজদা থা শানা ফংএ। অদু নুমিৎতা মনাও ইবুংঙো যুবরাজবু শিংজমৈ মথক থোকচোম দেৱানগী য়ূমদগী ফারকএ। Telegram No. 197, dated Manipur, the 23rd May 1891, From Chief Political Officer, Manipur. To secretary to Chief Commissioner, Assam - Jubaraj, alias Senapati, captured this evening, and is in custody Subedar Kelendra Singh, Surma Valley Police Battalion, effected capture after severe struggle. Please inform Driberg. অতোপ্পা ভিসেরোইনা থাবা রিপোর্ট মে ২৩, ১৮৯১ অমগী মতুং ইন্না General Collett reports capture of Senapati by Major Maxwell. All the important personages believed to be leaders of the outbreak are now in our hands. The result reflects the greatest credit on Maxwell's judgment and energy. অসুম্না মরু ওইবা মীওইশিং ফাবগী মতাংদা মণিপুর কমপাইল কোলমস ওফ দ পাইওনিয়ার এল্লহাবাদ, ১৮৯১ দা য়াওরি অমদি মে ২৩ দা টেকেন্দ্রজিৎপু "কৈজাও" হায়না পল্লি -

## IMPORTANT CAPTURES

The search for the fugitive princes was at first a fruitless one Lieutenant Dewar's party came very close on the Regent, apparently, as they captured several Martinis and other rifles, and a quantity of ammunition. Lieutenant Dewar returned to Manipur on the 30th April.

Within a fcw days from that date, however, some important captures were effected. General Graham, on his arrival at Thobal,

found that the Mya Minzarrao, who was supposed to have been killed in the fight on the 25th April, had been traced by a Burman Magistrate, named Moung Bah Hlaing, who was assistant to Mr. Soppitt, and arrested and brought into Thoubal. He was statcd by all the villagers on the road to be the actual murderer of Mr. Quinton.

Then, on the 7th May, the Tongal General, a decrepit old man, tired of being hunted from place to placc, surrendered himself. Two days latter the Regent was captured, He was surrounded by Manipuris, who threatened to shoot him if he did not surrender. He proved to be a man of five feet seven inches high, strong and robust, not too fat for work, with a very villainous cast of courtenance, rather Chinese; very small pig's eyes, with a sight squint. He lookcd very cheery, and was not a bit cast down. On May 23rd the "great tiger" was caught. It had been pretty accurately known for a week before that the Senapati had returned to the neighbourhood of Manipur, and parties were out in all dircctions searching for him. He was supposed to have disguised himself as a Naga. The actual capture was effected by one of Major Maxwell's constables, who was visiting a suspected house in a village about half a mile from the Pat, in fact, in the city of Manipur itself. It was intended to surround the house by night if the Senapati was there; it being thought that an attempt by day would be unsuccessful, and would arouse suspicion. The Senapati, however, saw the constable approaching and made a bolt for it. The constable ovcrtook him, and the two men had a tussle, in which the Senapati got the best of it, and nearly strangled the other. At this juncture another of Major Maxwell's men came up, and threw a lump of earth at the Senapati, cutting his mouth badly; and the two having overpowered him, impressed the services of a Manipuri, who carried him on his back to the fort. The Senapati, when caught, was attended by only one follower, and no armed resistance was offered. The capturing party consisted altogether of only about half-a-dozen men, and, although the roads along which the prisoner was brought were crowded with Manipuris, the event seemed to excite but little interest, and small attention was paid by the passers-by while the late *de facto* ruler of Manipur was ignominiously carried along on a coolie's back.

## RETRIBUTION

On the 25th May, Kajao alias Phingon, the man who stabbed Mr. Grimwood, was publicly hanged on the gallows near the Pat, in the presence of about 200 Manipuris. By the 29th, Sammoo Singh, a Colonel, and the Aiya Parel, a Major in the Manipur army, had bcen tried and sentenced to death for abetting the murder of Mr. Quinton and the other officers. The Tongal General was also put upon his trial, and the evidence went to show that it was he who gave the actual order for the execution of the British officers. He was sentenced to be hanged. Since then the leading members of the Royal family have bcen tried, and the Regent, the Senapati and Angao Senna have all been sentenced to death, though the sentences have not, at the time of writing, been confirmed by the Governor-General in Council.

অসুম্না ৰায়েল বিচার চথনবগীদমক অখন্নবা কোর্ট অমা শেম্মী। অহানবগী কোর্ট অসিনা নিংথৌমচাশিং ৰায়েল বিচার চথৈ অদুগা লেমহৌরিবা ফাগৎলবশিং অদুনা চীফ পোলিটিকেল ওফিসারনা বিচার চথৈ। অহানবগী অখন্নবা কোর্ট অসি লেফটিনেন্ট কর্নেল সেন্ট, জোন ফেনকোর্ট মিচেল (লেফটিনেন্ট কোলোনেল এসটি. জোন ফেনকোর্ট মিচেল) না প্রসিদেন্ট অদুগা অতৈ মেম্বর অনীদি ৪৪শুবা গুর্খা রাইফলসকী কম্মান্দেন্ট মেজর রিচার্দ কর্লি রিজওয়ে (মেজর রিচার্দ কেরলি রিদজেৰে) অমসুং নাগা হিলসকী দেপ্যুটি কম্মিস্নার সি. এ. ডবলিউ দেভিস অহুমনা শাবা কোর্টনি। হায়রিবা কোর্ট অসিনা চথরিবা বিচারগী রাই অদুগী চপ চাবা অয়াবা লৌনবগীদমক ভিসেরোই/গভর্ণর জেনরেল ইন কাউন্সিল, লোর্দ লেন্সদাউনদা থাই অমদি এপ্রুভ তৌই। অদুনা মহারাজ কুলচন্দ্র, যুবরাজ, টেকেন্দ্রজিৎ, অঙৌসনা সেনাপতিগী বিচারসি হায়রিবা কোর্ট অসিনা তৌই। অদুগা অতোপ্পা লেমহৌরিবশিং অদুনা চীফ পোলিটিকেল ওফিসার, এচ. মেক্সৱেলগী কোর্টনা বিচার চথৈ। হায়রিবা বিচার অসিগী রাইসি হেনরি কোল্লেট, মেজর জেনরেল কম্মান্দিং, মণিপুর ফিল্ড ফোর্সনা এপ্রুভ তৌরগা ভিসেরোই/গভর্ণর জেনরেল ইন কাউন্সিলদা থাই। অদুনা ৰায়েল বিচার অসি নিংথৌ মচাশিংগা অঙম অথৌশিংগা তোঙান তোঙান্না তৌই হায়বসিনি। এদমিনিষ্ট্রেটিভ রিপোর্ট ওফ দ মণিপুর পোলিটিকেল এজেন্সি ফোর ১৮৯১-৯২ দসু য়াওরি -

By the 23rd May the Tongal General, Aiyaparel, and Luang Ningthao, the ministers in the State, Niranjan Subadar, an ex-sipahi of the 34th Native Infantry, Mia Major, Commander of the Forces, Kajao, the actual murderer of Mr. Grimwood, the public executioners. and the sipahis who escorted the British officers to execution, were in custody. These were all placed on trial before me, and the Tongal General, Niranjan Subadar, and Kajao Manipuri were sentenced to death, and the others to transportation for life.

The Regent, Senapati, and Angao Singh, the third brother, were tried before a special commission under the presidency of Lieutenant Colonel St. John Mitchell, and the Senapati was sentenced to death, and the other two to transportation for life. The youngest prince, named Zilla Gumba, being a lad of 17 years of age, was exiled from Manipur.

Of these prisoners, the Senapati, Tongai General, Niranjan Subadar, and Kajao Manipuri were hanged, and the others were deported to the penal settlement of Port Blair. Eight men (seven Manipuris and one Naga) were placed on their trail for the attack on the Telegraph officers at Myangkhang, with the result that the Naga who actually killed Mr. Melville was hanged, and the rest sentenced to transportation for the same offence.

It is pleasant to turn from these undetected crimes to the successful capture of two Nagas concerned in the murders of Messrs. Melville and O'Brien, of the Telegraph Department, at Myangkhang on the 25th March 1891. After leaving Maram and Makhel, I moved camp with the detachment under Captain Kerr to the village of Koitek, and there learned that the men we were searching for resided in the neighbouring village of Oinam. Remaining quietly at Koitek for three days collecting revenue and deciding petty disputes, with Captain Kerr and 18 men I made a night march on Oinam, and surrounded the houses of the murderers and captured them. They were placed on trial, and sentenced to transportation for life. The hands and feet of Mr. Melville, which these men had carried off, were recovered, and interred with that officer's renains at Myangkhang.

হায়রিবা কোর্ট অসিনা অহানবদা তারিবা রাইসি (১) মহারাজ কুলচন্দ্রধবজ সিংহনা মহারানীগী মথক্তা লাল হৌবগীদমক শিবগী দন্দি, (২) যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ সিংহনা মহারানীগী মথক্তা লাল হৌবা, চীফ কম্মিস্নার, অসাম হাৎপা অমদি অতৈ ওফিসারশিং হাৎপদা ইনশিনবগীদমক শিবগী দন্দি, (৩) অঙৌসনা সেনাপতিনা মহারানীগী মথক্তা লাল হৌবা, চীফ কম্মিস্নার য়াওনা ওফিসারশিং হাৎপদা ইনশিনবগীদমক শিবগী দন্দি, (৪) থাঙ্গাল জেনরেলনা চীফ কম্মিস্নার য়াওনা ওফিসারশিং হাৎপদা ইনশিনবগীদমক শিবগী দন্দি, (৫) পুখ্রম্বা কজাওনা গ্রিমবুদ হাৎপগী মরালদা শিবগী দন্দি, (৬) মাইস্নাম শামু অমদি (৭) চোংথাম নিলমনি অয়াপুরেল অনীনা মহারানিগী মথক্তা লাল হৌবা, মী হাৎপদা ইনশিনবগী মরালদা শিবগী দন্দি, (৮) চোংথা মিয়া, (৯) নিরঞ্জন সুবেদার অনীসু মহারানীগী মথক্তা লাল হৌবগী শিবগী চৈরাক, (১০) অরু সিংহ, (১১) অবুংজাউ য়েনখোইবা, (১২) হিদম চাওবী, (১৩) লাইশ্রম খম্বা, (১৪) ময়েংবম ধোজো, (১৫) নেপ্রম নোনি, (১৬) নোংথোম্বম ট্রিলোক, (১৭) শগোলশেম ধন, (১৮) খোমদ্রম গুণ হায়রিবশিংসি চীফ কম্মিস্নার হাৎপগী মরালদা শিবগী দন্দি অদুগা লোকেন্দ্র বীরজিৎ সিংহ ৱাংখৈরাকপগী মথক্তা শীরিবা মরালসি মহারানীগী মথক্তা লাল হৌবগী মরালদা লোই থাবনি। হায়রিবা রাই অসি অমুক হন্না গভর্ণমেন্ট ওফ ইন্দিয়ানা খন্নরবা মতুংদা লাউথোকই অমদি ফোরেন দিপার্টমেন্টনা আগষ্ট ২১, ১৮৯১ দা থোকপা সেক্রেটরী টু দ গভর্ণমেন্ট ওফ ইন্দিয়া, ঐচ. এম. দুরান্দগী নোটিফিকেসন অদুসু মথংগী চেপ্তুর তরুকশুবদা য়াওরি। মেজর-জেনরেল, কম্মান্দিং মণিপুর ফিল্ড ফোর্সনা মণিপুর মীয়ামদা লাউথোক্তুনা অমুক হন্না মমাঙগী রাইদুদগী শেমদোক্লবা ৱারোল (ইংলিশ/মণিপুরী)

**Assam Secretariat Proceeding Foreign - A 1891**

**No. 384**

It is hereby notified for the information of the subjects of the Manipur State;

That Tikendrajit Singh, alias Senapati, alias Jubraj of Manipur was in the month of June tried by a special commission, and convicted of waging war against the Queen -Empress of India and abetment of

the murder of British officers, and was sentenced to be hanged, which sentence has been confirmed by the Government of India, and will be duly carried out;

that before the same Court Kula Chandra Dhaja Singh, Regent of Manipur, and Angao Sena, the third prince and so-called Senapati of Manipur, were tried and convicted of waging war against the Quecn-Empress of India, and sentenced to death, which sentence by the exercise of the prerogative of mercy the Government of India have commuted to a sentence of transportation for life with forfeiture of all property;

That before the Court of the Chief Political Officer Tongal Singh alias Tongal General of Manipur, was tried and convicted of waging war against the Queen- Empress of India and the murder of British ofiicers, and was sentenced to be hanged, which sentence has been confirmed by the Government of India, and will be duiy carried out;

That before the sane Court Uru Singh Usaba, Mongjao Singh Yengkoiba, Chowbi Hida Machahal, Ghun Singh Kangdra, Kumba Singh Laisraba, Dhaja Singh Myemba, Noni Singn Nepra Machahal, Trilok Singh, Nongtholba Satwal, and Dhon Singh Sagal Senba were tried and convicted of the murder of British officers and were sentenced to death, which sentence has been commuted to transportation during the pleasure of the Governor General in Council;

and the subjects of the Manipur State are enjoined to take warning by the punishments inflicted on the above named persons found guilty of rebellion and murder.*

H.Collett,

Major-General,

Commanding Manipur Fieid Force

**মণিপুর লৈপাক্কী প্রজা পূম্নমক্তা খঙহনখি**

মণিপুর লৈপাক অসিদা ৱাথোক্তনা শ্রীমতি ভারতেশ্বরী মহারানিগী সিপাইগা লান তৌবা অমসুং চীফ কম্মিস্নার সাহেবনচিংবা সাহেবশিংবু হাৎপগী মরম্না অরানবা

মীশিংবু ফারদুনা জুন থাদা মণিপুর অসিদা বিচার তৌরে অদুগা বিচারপতিশিংনা শ্রীটেকেন্দ্রজিৎ বীর সিংহ সেনাপতিবু (যুবরাজবু) লাল্লে হায়দুনা ফাঁসিগী হুকুম তৌবা অদু শ্রী শ্রীযুক্তা মহামানা লাট সাহেবনা মঞ্জুর তৌরে মরম অসিনা টেকেন্দ্রজিৎ বীর সিংহ সেনাপতিবু ফাঁসি তৌগনি।

অমসুং শ্রীযুক্তা কুলচন্দ্র ধবজ সিংহ রিজেন্ট, অমসুং প্রিন্স শ্রীঅঙৌসিং সেনাপতি অনীমক অসিবুসু লাল্লে হায়দুনা মসিগী হুকুম তৌবা অদু শ্রীযুক্তা মহামান্যা বড়লাট সাহেবনা কৃপা তৌদুনা মঞ্জুর তৌদে। মখোয় অনী মাবু মরিপুরদগী দেশান্তর তৌরো হায়দুনা হুকুম তৌরে। মরম অসিনা শ্রীকুলচন্দ্র ধবজ সিংহ রিজেন্টবু অমসুং অঙৌ সিংহ সেনাপতি অনীমক অসিবু সিদরি ফাওবা দেশান্তরতা থমগনি অমসুং মখোয়গী মপোৎ মচৈ অদু খিবিক সরকারনা লৌগনি।

অমসুং মথক্তা হায়রিবা অপরাধ তৌবগীদমক শ্রীথাঙ্গাল জেনরেলবুসু ফাঁসিগী হুকুম তৌবা অদু শ্রীযুক্তা মান্যবর বড়লাট সাহেবনা মঞ্জুর তৌরে। মরম অসিনা থঙ্গাল জেনরেলবুসু ফাঁসি তৌগনি।

অমসুং উরু সিংহ উসাবা, অমসুং আবুংজাউ সিংহ এংখোইবা, চাওবী হিদা মোচাহল, ঘুনসিংহ কাংদ্রা, খাম্বা সিংহ লাইশ্রবা, ধবজ সিংহ মাইএংবা, নোনিসিংহ নেপরা মোচাহন, ত্রিলোকসিংহ নোংথোনবা সাতৰান অমসুং ধনসিংহ সগোনশেনম্বা মখোয় পূম্নমক অসিবুসু ফাঁসিগী হুকুম তৌবা অদু মান্যবর শ্রীযুক্তা বড়লাট সাহেবনা মঞ্জুর তৌদরে মখোবু দেশান্তর তৌরে হায়দুনা হুকুম পীরে। মরম অসিনা লাট সাহেবকী হুকুম অতে লাক্ত্রিবা মখোয় পূম্নমকপু দেশান্তর তৌগনি।

মথক্তা হায়রিবা লানবগী মরম্না অপারাধি পূম্নমক্কী দন্দি তৌবা অদু মণিপুর দেশ অসিদা লৈবা প্রজা পূম্নমক্না হয়েং তুং ফাওবা অসুম্না থবক খক তৌরোই হায়না নীংই।

অসুম্না অহানবগী অথৌবা ১৫ - (১) মহারাজ কুলচন্দ্র, (২) মনাও ইবুংঙো অঙৌসনা সেনাপতি, (৩) চোংথা মিয়া মেঙ্গোর, (৪) শামু সিংহ লুৰাং নিংথৌ, (৫) নিলমনি সিংহ অয়াপুরেল মেঙ্গোর, (৬) লোকেন্দ্রজিৎ সিংহ ৰাংখৈরাকপা, (৭) উশম অরু সিংহ, (৮) অবুংজাও য়েনখোয়বা, (৯) লাইশ্রম খম্বা, (১০)

খোমদ্রাম ঘন সিংহ, (১১) চাউবী মচাহল, (১২) ময়েংবম ধোজো, (১৩) নেপ্রম নোনি সিংহ, (১৪) নোংথোনবম ত্রিলোক, অদুগা (১৫) শগোশেম ধোনো হায়রিবা অথৌবা ১৫ অসি মতম খরা মণিপুরগী জেলদা থল্লল্লগা অসামগী তেজপুর জেলদা পুশিনখি। মফম অদুদগী নবেম্বর ৫, ১৮৯১ দা অন্দমান ঈথৎকীদমক খোংশানখি অদুগা নবেম্বর ২৩, ১৮৯১ দা রোজ অইলেন্দদা থুংখি। লোয়ননা পুখ্রন্বা কজাও ফিঙাংনা গ্রিমউদ তান্না থিন্দুনা হাৎপগী মরালদা মে ২৫, ১৮৯৭ দা কংলা মমাঙদা ফাঁসি তৌদুনা হাৎখি। নিরঞ্জন সুবেদারনা জুন ৮, ১৮৯১ দা যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ অমদি থঙ্গাল জেনরেল আগষ্ট ১৩, ১৮৯১ গী নুমিৎযুংবা মতুংদা ফাঁসি তৌদুনা হাৎখি অমদি মেলভিল্লি হাৎপগী মরালদা চিরাই নাগা ওক্টোবর ১৩, ১৮৯১ দা ফাঁসি তৌদুনা হাৎখি। লেমহৌরিবা অথৌবা ৫ - (১) ইঙুদম ঘন সিংহ, (২) চিংশুবম নিংথৌবা, (৩) ফঞ্জাওবম থৌবা সিংহ, (৪) মঙশাতাবম তোঞ্জাও সিংহ, (৫) হৈক্রুজম চাউবতোন সিংহগী মথক্তা শীরিবা মরালসি মহারানিগী মথক্তা লাল হৌবা অদুগী O'Brien হাৎপগী মরালদা লোই থাবনি, অশাংবম ফুড়া হোংবনা O'Brien হাৎপগী মরালদা লোই থাবনি অদুগা খ্বাইদগী অকোনবাদা (১) গৌকামী (নাগা), (২) গৌহো (নাগা) হায়রিবা অনীসিদা শীরিবা মরালসি O'Brien হাৎপা অদুগা মিলভেলি হাৎপদা ইনশিনবগী মরালদা লোই থাবনি। অদুবু হায়রিবা অথৌবা ২৩ সিগী মনুংদা বৃটিশনা খ্বাইদগী হকচিন্না লৌরগা মখোয়গী পীরিবা ফাদোক অদু অমুক হন্না খন্ননবা হায়জবদা তাবীখিদবা রাই পীবা নুমিৎতগী পারগা চহী ২৫ পোর্ট ব্লেয়রদা লৈখিবা অথৌবা অহুম অদুদি - (১) অশাংবম ফুড়াহোংবা, (২) শগোলশেম ধন সিংহ অদুগা (৩) নোংথোনবম ত্রিলোক সিংহনি। অদুনা খ্বাইদগী অরোইবা অথৌবা ২৩ গী চপ চাবা মশীং অমদি চহী কয়া লৈখি হায়বদুগী চপ চাবা রিপোর্ট, হোম সেপ্টেম্বর, ১৮৯৭ (পোর্ট ব্লেয়র-বি), প্রোসিদিংস ফেব্রুৱারি (নম্বরস ৬-৭) দা য়াওরি -

In all there were 23 Manipuris concerned in the disturbances of 1891, who were sent to the Andamans. The following table gives brief particulars regarding each :-

| Numbers. | Names. | Description. | Original sentence. | Sentence as revised in 1894. | REMARKS. |
|---|---|---|---|---|---|
| 1 | Kula Chandra Dhaja Singh ... | Ex-Regent ... | Transportation for life. | Release after 3 years from original sentence. | Released. |
| 2 | Angao Singh ... ... | Brother to Ex-Regent. | „ | Release after 5 years from original sentence. | Released. |
| 3 | Miya Singh, Major ... ... | Leading officials. | „ | | |
| 4 | Nilmoni Singh ... ... | | Transportation during the pleasure of Government. | | |
| 5 | Samu Singh ... ... | | | | |
| 6 | Lokendra Birjit Singh ... | | „ For life. | | |
| 7 | Ghuna Singh ... | ...... | „ | Release after 10 years from original sentence. | These have another 3½ years to put in at Port Blair. |
| 8 | Ningthoba Singh ... ... | | | | |
| 9 | Thaoba Singh ... | | | | |
| 10 | Tonjao Singh ... ... | | | | |
| 11 | Chaobaton Singh ... ... | | | | |
| 12 | Ghowkami (Naga) ... ... | ...... | „ | Do. | Do. |
| 13 | Gowbo (Naga) ... ... | | | | |
| 14 | Abungjao Yenkorba ... | Sentries over the British officers. | Transportation during the pleasure of Government. | "No present or early remission of sentence recommended." | Died at Port Blair. |
| 15 | Kumba Singh ... ... | | | | Do. |
| 16 | Uroo Singh ... | | | | |
| 17 | Ghun Singh ... ... | | | | |
| 18 | Chowbi Hider ... ... | | | | |
| 19 | Dhojo Singh ... ... | | | | |
| 20 | Noni Singh ... ... | | | | |
| 21 | Trilok Singh ... ... | Executioners. | „ | | |
| 22 | Dhon Singh ... ... | | | | |
| 23 | Para Dhumba Singh ... | ...... | For life. | | |

অসুন্না অথৌবা ৫ না ফাঁসিগী সগাইদা কাখি। অথৌবা ২৩ না অন্দমান নিকোবরগী পোর্ট ব্লেয়রগী মাউন্ট হেরিয়টতা লোই থাখি। অন্দমান নিকোবরদা অথৌবা ২৩ লোই থাবদা য়াওদবা নিংথৌ মচা জিলাঙন্বগী মতাংসু শন্নপ্না থমজগে। জিলাঙন্বা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি অমসুং অকোইজম চন্দু খন্দালেন্বী অনীনা পোকপনি। মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মচাইবুংঙো ১১ গী মনুংদা মহাক্না খ্বাইদগী অতোনবনি। জিলাঙন্বগী অতোন্বা মমিং লক্ষমী নরায়ন কৌই। মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ কুম ১৮৮৬ ইংগী মেগী তাং ২০ শগোলশেদা নোঙ্গাখ্রবা মতুং মজাইবুংঙো অহল সুরচন্দ্রনা নিংথৌ ওইবা মতমদা জিলাঙন্বদি মশাগী চহি ১৭ লোমতমক ঙাইবনা মরম ওইদুনা মহাক মতমদুদা ফম্নাইদরি। অদুবু মমা তিন্নদবা মচিন-মনাও মরি কুলচন্দ্রধবজ সিংহ, টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ (কোইরেং), অঙৌসনা (ভুবন সিংহ) অমদি জিলাঙন্বা (লক্ষমী নরায়ন) মখোয় মরি মিচং ওইনা পুনবনি। মচিন-মনাও মরক্তা নুংশিন্নদবগী চাং ৱাংখৎলকপগা লোইননা নোংমা কৈ পাউ লাকপদা টেকেন্দ্রজিৎ হকচাং ঙমদবা মতাং থোক্তুনা মনাও অতোন্বা জিলাঙন্ববু কৈ ফাবা থরম্মী। মতম অদুগী চৎনবী মতুংইন্না নিংথৌ নৎত্রগা অতৈ নিংথৌ মচা ফম্নাইবশিংনা কোনুংদগী মপাল থোক্লমদাইদা কৈ ফাবা চৎপগী থোরকপদা বেংগুন খোংবা য়াদে হাইনা মুললম্মী। অমুকসু কৈ ফাবা হায়বসি মতমদুগী চৎনবী মতুংইন্না সেনাপতি নৎত্রগা ফম্নাইবা মীওইশিং নত্তনা অতোপ্পা মীনা ফাবা য়াদে কনাগুম্বনা লম হেন্দুনা ফারল্লবদি দন্দি ফংনৈ। ফম্নাইদ্রিবা জিলাঙন্ববু টেকেন্দ্রজিৎ সিংহনা বেংগুন খোংহন্দুনা কৈ ফাবা থাবা মদুদা পাকাসনানা য়েৎপা মতম অসিদগী মচিন-মনাওশিং মরক্তা নুংশিনখিদে। অসিগুম্বা মচিন-মনাও মরক্তা থৌদোক মচা-মচাশিংনা মরম ওইদুনা খমথেংনা নুংঙাইরক্তবদগী কুম ১৮৯০ গী সেপ্তেম্বর ২১ অহিংদা জিলাঙন্বা অমসুং অঙৌসনা (দোলাইরোই হঞ্জবা) অনিনা সুরচন্দ্র মহারাজগী মথক্তা লাল হৌরম্মী। মহারাজ সুরচন্দ্রনা নিংথৌ ফম মনাও ইবুংঙো কুলচন্দ্রধবজদা শিনরল্লবা মতুং বৃদাবন্দা চৎখ্রবা মতুং কুম ১৮৯০ সেপ্তেম্বর ২৩ (লৈবাকপোকপা) দা মহারজ কুচন্দ্রধবজ সিংহনা নিংথৌ ওইবা মতমদা জিলাঙন্বা মশাগী চহি ২১/২২ রোম শুরকপদা শমু হঞ্জবগী ফম শিন্নখি। কুম ১৮৯১ গী এঙ্গলো-মণিপুর লাল অদুদা মাইথিরদুনা মহারাজ য়াওনা অঙম-অথৌ ২০০ রোমগী লৈবাক্তগী মতেং লৌনবা চৎশাৎ ফাওদুনা চৎপা অদুদা জিলাঙন্বসু য়াওখি লাইবক থিবদি মখোয়বু লমজিংগদবা কবো নুপা

অমগা মোইরাং তোঞ্জাওদি নমথাক তৌদুনা লোৎখিবা মরম্না চৎখিবশিং হল্লকখি। অমদি বৃটিশ লাম্মীনা জিলাঙম্ববু কুম ১৮৯১ মে ২০ দা ফাখি। মহাকপু হকথেংননা ফাবা য়াওরুবা মীদা লুপা ১০০০/-, তৌবাংবা মীদা লুপা ৬০০/- অমসুং নাকোইননা তেংবাংবা মীদা লুপা ৪০০/- পীখি। বৃটিশনা বিচার চৎথরবা মতুংদা জিলাঙম্ববু শিলেটতা পোলিটিকেল প্রিজির্নস অমা ওইনা থাখি। অমদি ১৯০১-১৯০২ দা শিলেটতগী হজারিবাগতা অমুক লৈখি হায়বসি ১৯০১-১৯০২ গী Administration Report of the Political Agency, Manipur গী Para 34 দা য়াওরি ঃ- By order of the Government of India, Zilangamba Singh, son of Sir Chandrakirti Singh, was transfered from Sylhet to Hajaribagh হায়না ইরি। অদুগা মহাক শিবগী মতাংদনা ১৯০২-১৯০৩ গী Administration Report of the Political Agency, Manipur গী Para 34 দা য়াওরি। - Zilangamba Singh, son of Sir Chandrakirti Singh, who was transfered to Hajaribagh last year, died in the month of October 1902 হায়না ফজনা ইরগা য়াওরি।

# অন্দমান নিকোবর ঈথৎতা লোই থাবা

লোই থাবদা য়াওখিবা অথৌবা ২৩ গী মমিং অসি বৃটিশ রেকোর্দতা লৈবা অদুগা ঐখোয়না খঙনজবা মিংশিং অসি অপাবশিং অমদি ইনখৎলক্লিবা রিছার্স স্কোলরশিংনা পাবদা নৈনবদা নুংঙাইনবগীদমক মথং মনাও নাইনা থমজগে:-

(১) কুলচন্দ্র ধবজ সিংহ এক্স রীজেন্দ (মহারাজ কুলচন্দ্র ধবজ সিংহ), (২) অঙাও সিংহ (অঙৌসনা সিংহ, সেনাপতি), (৩) লোকেন্দ্র বির্জিৎ সিংহ/ ৰাংখাইরাকপা (ৰাংখৈরাকপা), (৪) শামু সিংহ/লুৰাং নীংথাউ, মেজর (মাইস্নাম শামু সিংহ, লুৰাংনিংথৌ), (৫) নিলোমনি সিংহ/অইয়া পরেল, মেজোর/ চোংথাম নিলমনি সিংহ, অয়াপুরেল, (মেঞ্জোর), (৬) মিয়া সিংহ, মেজোর (চোংথা মিয়া/ইবোতোন, মেঞ্জোর), (৭) উরু সিংহ উশরব (উশম অরু সিংহ, লালুপচিংবা), (৮) য়েংখোম অবুংজাও, লালুপচিংবা, (৯) চাউবী হিদম মচাহল (হিদম চাউবী, মচাহল), (১০) ঘুন সিংহ, কাংদ্রা (খোমদ্রাম ঘুন সিংহ, লালুপচিংবা), (১১) কুম্ব সিংহ লাইশ্রব (লাইশ্রম খম্বা সিংহ, মচাহল), (১২) ধোজো সিংহ ময়েংব (ময়েংবম ধোজো সিংহ, মচাহল), (১৩) নোনী সিংহ নেপ্রা মচাহল (নেপ্রাম নোনী সিংহ, মচাহল), (১৪) ত্রিলোক সিংহ/ নোংথোলব সৎতৰাল (নোংথোনবম ত্রিলোক সিংহ, সৎতৰাল), (১৫) ধোন সিংহ শুরগোল শেনবা (শগোলশেম ধন সিংহ, শঙলিংবা), (১৬) ঘুন সিংহ/ইন্দুজামব (ইঙুদম ঘন সিংহ, জমান্দার), (১৭) নিংথৌবা সিংহ/চিংশুব জেমদোর (চিংশুবম নিংথৌবা সিংহ, জমান্দার), (১৮) থাউব সিংহ/ফঞ্জা (ফঞ্জাওবম থৌবা সিংহ, জমান্দার), (১৯) তোঞ্জাও সিংহ/মঙশাতাব (মঙশাতাবম তোঞ্জাও সিংহ, জমান দার), (২০) চাউবতোন সিংহ, হৈক্রুজাম্ব (হৈক্রুজম চাউবতোন সিংহ, শুবিদার), (২১) পড়া ধুন্বা সিংহ (অশাংবম পুড়াহোংব সিংহ, কুৎ), (২২) গৌকামী (নাগা), (২৩) গৌহো (নাগা)। জোন মিটচেল, লেফটিনেন্ট কোলোনেলনা প্রসিদেন্ট

ওইবা ট্রিবুনেল অমনা নিংথৌ মচাশিংগা অখন্নবা রাই পীখ্রবা মতুং মেজর মেক্সৱেল, চীফ পোলিটিকেল ওফিসারনা লেমহৌরিবশিংগী রাইশিং মথং মথং লাউথোকখি। হায়রিবা রাইশিং অসি মহারাজ কুলচন্দ্র ধবজ সিংহ জুন ১৮, ১৮৯১, যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ, জুন ১১, ১৮৯১ অমদি অঙৌসনা সেনাপতি - জুন ২২, ১৮৯১ দা পীখিবা রাই অমগী মতুং ইন্না মথক্তা থৌরি থুদুনা ফাঁসি তৌদুনা হাৎনবা রাই পীখিবনি। অদুবু গভর্ণমেন্ট ওফ ইন্দিয়ানা কুপ্পা খন্নরবা মতুংদা যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ, থঙ্গাল জেনরেল অসিবু আগষ্ট ১৩, ১৮৯১ দা ফাঁসি তৌদুনা হাৎখি। পুখ্রম্বা কাজাও জমান্দার, নিরঞ্জন সুবেদার অমদি চিরাই থঙ্গালবুনা মথংশিৎনা মে ২৫, ১৮৯১, জুন, ৮, ১৮৯১, ওক্টোবর ১৩, ১৮৯১ দা ফাঁসি তৌদুনা হাৎখি। লেমহৌরিবা অথৌবা ২৩ অন্দমান নিকোবরদা লোই তাবগী রাই পীখি। অন্দমান নিকোবরদা লোই থাখিবা অথৌবা ২৩ গী মমিং থমজরি-

(১) মহারাজ কুলচন্দ্র ধবজ সিংহ, (২) অঙৌসনা সিংহ, সেনাপতি, (৩) লোকেন্দ্র বীরজিৎ সিংহ, ৱাংখৈরাকপা, (৪) মাইস্নাম শামু সিংহ, লুৱাং নিংথৌ, (৫) চোংথাম নিলমনি সিংহ, অয়াপুরেল মেঙ্গোর, (৬) চোংথা মিয়া/ইবোতোন, মেঙ্গোর, (৭) হৈক্রুজম চাউবতোন সিংহ, সুবিদার, (৮) মঙশাতাবম তোঞ্জাও সিংহ, জমান্দার, (৯) ইঙুদম খানা সিংহ, জমান্দার, (১০) চিংশুবম নিংথৌবা সিংহ, জমান্দার, (১১) ফঞ্জৌবম থৌবা সিংহ, জমান্দার, (১২) অশাংবম পুড়াহোংবা সিংহ, কুৎ, (১৩) নোংথোনবম ত্রীলোক সিংহ, সত্তৱাল (শঙলিবা মকোক), (১৪) শগোলশেম ধন সিংহ, শঙলিংবা, (১৫) য়েংখোম অবুংজাও, লালুপচিংবা, (১) খোমদ্রাম গুণ সিংহ, লালুপচিংবা, (১৭) উশম অরু সিংহ, লালুপচিংবা, (১৮) হীদাম চাউবী সিংহ, মচাহল, (১৯) ময়েংবম ধোজো সিংহ, মচাহল, (২০) নেপ্রাম নোনি সিংহ, মচাহল, (২১) লাইশ্রম খম্বা সিংহ, মচাহল, (২২) গৌকামী (নাগা), (২৩) গৌহো (নাগা) মখোয় অথৌবা ২৩ সিগী মনুংদা ১৫ অমদি নবেম্বর ২৩ দা কলকটাদগী এস: এস: শাহাজহানদা তোংদুনা য়ৌরকই হায়নসু ওফিসার ইন চার্জ, রোস আইলেন্দ দিভিজননা সাউথর্ন দিষ্ট্রিক্ট ওফিসার এট নবেম্বর ২৩, ১৮৯১ দা থাবা রিপোর্ট অমদা শুগায়না ইরি মদুদি - I have the honour in accordance with Sector 5 of the Andaman and Nicober Manual to report the arrival at Port Blair this day of 15 Convicts

(Male) per S. S. "Shahjahan" in charge of Police escort from Calcutta.
মখা তানা

6. The Port Officer reports the following as the measurement of the space allotted to the convicts and their escort:-

SPACE FOR CONVICTS

| Length | Breadth | Height |
|---|---|---|
| 64' 6" | 30' | 4' |

SPACE FOR GUARDS

| Length | Breadth | Height |
|---|---|---|
| 32' 6" | 27' | 7' |

হায়না ওফিসার ইনচার্জ রোস আইলেন্দ ও. এসটি. উদহহানক না রিপোর্ট তৌরি। মণিপুরগী বন্দি ১৫ পোর্ট ব্লায়রদা কুম ১৮৯১ গী নবেম্বর তাং ৫ দগী কলিকতাদগী এস. এস. শহাজহানদা তোংদুনা চৎখি অদুগা নবেম্বর ২৩ দা অন্দমান্দা থুংলখিবনি ঃ-

| মীগী মমিং | তেজপুর জেলদা থুংলবা | অন্দমানদা থাখিবা |
|---|---|---|
| ১। কুলচন্দ্র ধবজ সিংহ মহারাজ | সেপ্টেম্বর তাং ৪, ১৮৯১ | নবেম্বর ৫, ১৮৯১ |
| ২। অঙৌসনা সিংহ সেনাপতি | সেপ্টেম্বর তাং ৪, ১৮৯১ | নবেম্বর ৫, ১৮৯১ |
| ৩। লোকেন্দ্রজিৎ ৱাংখৈরাকপা | সেপ্টেম্বর তাং ৪, ১৮৯১ | নবেম্বর ৫, ১৮৯১ |
| ৪। নীলমনি সিংহ অৱাপুরেল | সেপ্টেম্বর তাং ৪, ১৮৯১ | নবেম্বর ৫, ১৮৯১ |
| ৫। শামু সিংহ লুৱাং নিংথৌ | সেপ্টেম্বর তাং ৪, ১৮৯১ | নবেম্বর ৫, ১৮৯১ |
| ৬। মীয়া সিংহ মেজোর | সেপ্টেম্বর তাং ৪, ১৮৯১ | নবেম্বর ৫, ১৮৯১ |
| ৭। অবুংজাও য়েংখোয়বা | সেপ্টেম্বর তাং ৪, ১৮৯১ | নবেম্বর ৫, ১৮৯১ |
| ৮। উরু সিংহ উসর্ব | সেপ্টেম্বর তাং ৪, ১৮৯১ | নবেম্বর ৫, ১৮৯১ |
| ৯। খম্বা সিংহ লাইশ্রম | সেপ্টেম্বর তাং ৪, ১৮৯১ | নবেম্বর ৫, ১৮৯১ |
| ১০। ধন সিংহ থোংদ্রা | সেপ্টেম্বর তাং ৪, ১৮৯১ | নবেম্বর ৫, ১৮৯১ |

| | |
|---|---|
| ১১। চাউবী হাদর মচাহল | সেপ্টেম্বর তাং ৪, ১৮৯১ নবেম্বর ৫, ১৮৯১ |
| ১২। ধোজো সিংহ্ময়েংবা | সেপ্টেম্বর তাং ৪, ১৮৯১ নবেম্বর ৫, ১৮৯১ |
| ১৩। নোনি সিংহ্ নেপ্রা মচাহল | সেপ্টেম্বর তাং ৪, ১৮৯১ নবেম্বর ৫, ১৮৯১ |
| ১৪। ত্রিলোক সিংহ্ নোংথোমবা লুটৰাল | সেপ্টেম্বর তাং ৪, ১৮৯১ নবেম্বর ৫, ১৮৯১ |
| ১৫। ধোনো সিংহ্, শগোলশেন্বা | সেপ্টেম্বর তাং ৪, ১৮৯১ নবেম্বর ৫, ১৮৯১ |

*ঐচ: এইম: ডুরান্দ।*

*সেক্রেটরী ভারত সরকার*

মখোয় ১৫ অন্দমান নিকোবরদা লোই থাখিবগী মতাংদা গেজেট ওফ ইন্দিয়া, আগষ্ট ২২, ১৮৯১ দা থোকখিবা নোটিফিকেসন অসিদা ঐচ. এম. দুরান্দ, সেক্রেটরী টু দ গভর্ণমেন্ট ওফ ইন্দিয়াগী রিজোলুসনগী মতুং ইন্না মখাদা পীরি-

The Regent, Kula Chandra Singh, was convicted of waging war against the Queen, and was srntenced to death.

Tikendrajit Singh, the Senapati, was convicted both of waging war against the Queen and of abetting the murder of the Chief Commissioner of Assam and other officers, and was sentenced to death.

Angao Singh was convicted of Wanging war against the Queen and of abetting the murder of the Chief Commissioner and other officers, and was also sentenced to death.

These seutences were submitted to the Government of India for confirmation.

The following were the persons tried by the Clhief Political Officer :-

Tongal Singh *alias* Tongal General.

Kajao Manipuri.

Niranjan, Subadar.

Samu Singh alias Luang Ningthao, Colonel.

Nilmoni Singh, alias Aiya Parel, Major.

Miya Singh, Major.

Lokendra Birjit Singh alias Wang Khai Lakpa.

Uroo Singh Usurba.

Abungjao Yenkorba.

Chowbi Hider Machahal.

Ghun Singh Kangdra.

Kumba Singh Laisraba.

Dhojo Singh Myenba

Noni Singh Nepra Machahal.

Trilok Singh Nongtholba Sutwal.

Dhan Singh Sugol Senba.

Tongal Singh was convicted of the murder of the Chief Commisioner and other officers, and was sentenced to death.

Kajao Manipuri was convicted of the murder of Mr. Grimwood, and was sentenced to death.

Samu Singh, Colonel, and Aiya Parel, Major, were convicted of waging war against the Queen and of abetment of murder, and were sentenced to death.

Miya Singh, Major, and Niranjan, Subadar, British subject and an ex-sepoy of Her Majesly's Native Army, were convicted of waging war against the Queen, and were sentenced to death.

Lokendra Birjit Bingh *alias* Wangkeilakpa was convicted of waging war against the Queen, and was sentenced to transportation for life.

Uroo Singu Usurbo, Abungjao. Yenkorba, Chowbi Hider Machahal, Ghun Singh Kangdra, Kumba Singh Laisraba, Dhojo

flourishing condition of the revenues of the country. If I may offer a suggestion, possibly his reason is this: that he is afraid that if he told the Legislative Council of India what was the real state of the finances of the country, the whole of the surplus would be seized and swallowed up in the devouring gulf of military expenditure. That military expenditure has increased since the close of the Afghan War, and has been almost entirely due to the extraordinary expenses incurred in securing what is called a strategical frontier on the North West of India. I find, from figures given on pages 40 and 41 of Sir D. Barbour's Financial Statement, that the average military expenditure before the Afghan War might be taken at about £17,000,000 a year. The total since the Afghan War is £216,124,000, so that we have an increased expenditure since the Afghan War, in 11 years, over the normal expenditure of about £29,000,000. Then there are the special defence works, which amount to £4,663,000, and the amount expended on strategic railways amounts to E9,500,000, so that we have got an extra expenditure in 11 years of £43,287,000. You have to add to that about £1,000,000, which has been paid in subsidies to the Ameer of Afghanistan, so that you get a total of £44,000,000 for the 11 years, or about £4,000,000 a year increased expenditure for military purposes since the Afghan War. This average would have been greatly increased had it not been for the fact that there was a reduction in two or three years after the war up to 1885-86, when a great increase suddenly took place, and has since been maintained, in consequence of the outlay on the plan of frontier defence adopted by the Indian Government. At the present moment we may assume that the increase is £6,000,000 a year over the expenditure which was experienced before the Afghan War.

অদুবু নুংঙাইরিবদি বৃটিশ পার্লিয়ামেন্টনা মণিপুরবু এন্নেক্স তৌদবগী ৱারেপ লৌবতা নত্তনা সবোর্দিনেট অমদি প্রোতেক্তেদ ষ্টেট অমা ওইনা লৌখি। মণিপুরনা মার্চ ২৪, ১৮৯১ দা চীফ কম্মিস্নার কুইন্টননা চঙজরকখি, মরালগী মতুং ইন্না

হুরান্দুনা লান্দারকপা লুচিংবশিং লানগী নিয়ম মতুং ইন্না ফাজিনবা, ৰায়েল চথবা, হুরান্দুনা কোনুংদা লান্দারক্তুনা মীচম মীয়াম হাৎখিবগীদমক অঙাং ওলহনখিবদু বৃটিশনা লমন খুমদুনা মায়থিবা পীখ্রবসু বৃটিশনা মখোয়গী মখাদা থবক লৌশিনখিদে। অদুবু মণিপুরনা বৃটিশকী মথক্তা চথখিবা ৰায়েল অদুদি মণিপুরগী মীৎয়েংদগীদি মণিপুরনা চুন্মী।

বৃটিশনা মণিপুর লৌশিনবা অমসুং লৌশিন্দবগী মতাংদা মালেমগী তোঙান তোঙানবা ঈ-পাউশিংদা মরিক চুন্না পীরি, অমুকসু অসিগুম্বা লান অসি মালেমগী থাক্তা মীৎ লাউথোক্তুনা য়েংনখিবা লান অমা ওইখি হায়বসি চুন্মী হায়বদু খঙমিন্ননবা তোঙান তোঙানবা ঈ-পাউ খরা য়েংমিন্নবা য়াই -

"The Argus: Thursday 7 May 1891, Page 5 - The Viceroy opposes annexation: The Marquis of Lansdowne, the Viceroy of India, is opposed to the annexation of Manipur by the Indian Government. He is of opinion that it should remain in its present position as a protected State".

"The Mercury, Thursday 7 May 1891, Page 3 - Manipur annexation - Many members of the House of Commons, and also the Marquis of Lansdowns, Viceroy and Governor General of India, oppose the annexation of Manipur".

"South Australian Register, Thursday 13 August 1891, Page 1 - The question of annexation : ... The times declares that it is not at all probable that Great Britain will annex Manipur, although many persons have taken it for granted that course would be followed".

"Launceston xaminer, Tuesday 18 August 1891, Page 2 - The Feudatory State: The Marquis of Lansdowne, Viceroy of India, has officially announced that the British Government has no intension of annexing the tributory state of Manipur".

"Pittsburg dispatch, August 23, 1891, Page 7 - Manipur will not be annexed - A decree has been issued, in which the Queen announces that the foregoes the right to annex Manipur. The Viceroy will choose a native ruler of Manipur.

লান মায় পাকপা নৎত্রগা পাক্তবগী ৱাফম্না অমা ওইখ্রগা মণিপুরগী পোলিটিকেল ষ্টেটস অমদি ১৮৯১ গী লান অসিদা উরি, মালেমগী মেডিয়াদা ফোংনা নৈনরি, বৃটিশ পার্লিয়ামেন্ট, হাউস ওফ কন্মনস অমদি হাউস ওফ লোর্দসতা য়েংলবসু মার্চ ৬, ১৮৯১ দগী জুলাই ৩০, ১৮৯১ ফালবা হাউস ওফ কন্মনসতা অদুগা মার্চ ১৪, ১৮৯১ দগী জুলাই ৩০, ১৮৯১ ফাওবা হাউস ওফ লোর্দসতা অকনবা দিবেট চথুখি।

মথক্তা লালগী মরম ময়াম অমা থমজখ্রে, কুমজা ১৮৯১ গী বৃটিশকা মণিপুরগী লাল মতুংদা বেঙ্গলগী অখঙ অহৈশিংনা লালগী মরমদা মণিপুরগী নিংতম্বগী মতাং কুপথনা নৈনরকপা হৌখি, বৃটিশশিংনা মণিপুর নিংতমদে হায়না হায়নবা হোৎনরবসু তোঙান-তোঙানবা লাইরিকশিংদা মণিপুর মনিংতম্বা ষ্টেট অমা ওইনা শকখংদুনা লাকখিবনি হায়না ইনরকখি, ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পনিগা মণিপুরগা তৌনখিবা এগ্রিমেন্ট ঙম্নমক্না সরকারনা মণিপুরবু ইকাই খুম্নগদবনি মদুদি ভারতকী ষ্টেট অতৈগুম্না, মণিপুরদি সরকারদা লোয়পোৎ খক কাখিদে, অহোইনদুম, ভারত সরকারনা কবো ভেল্লিগী য়েংদুনা কুমজা ১৮৩৪ দগী চহিদা লুপা ৬,৬৭০/- মণিপুরদা থিগৎতুনা লাকখি। অখঙ অহৈশিংনা ফোংদোক্লখিবদা লালসিগী মতাংদা মিস্তর কুইন্টন্না লান্মীগী মকোক ওইনা লাক্তুনা মনীংতম্বা লৈপাক অমদা লান্মী শিজিন্নরুবগী, লান্দারুবদগী, লান্দারুবা ষ্টেটকী অথোরিটিগী মখুত্তা মখোংনা থোংনা শিজরুবনি, মিস্তর কুইন্টন অমদি বৃটিশ ওফিসারশিংনা মণিপুরদা লান্দারুবনি, যুবরাজগী কোনুংদা লান্দারগা নুপী-অঙাং হাৎলুবনি, কুইন্টন্না মনীংতম্বা, মণিপুরদা লান্মী পুরগা চৎলুবদু অরানবনি, মণিপুরগী মনীংতম্বা, নিংথৌ-ফম্নাইবা, মণিপুরী হাৎপগী ময়োক্তা ভারতকী খবরশিংদা এপ্রিলদগী ওক্টোবর, ১৮৯১ ফাওবা মণিপুরগী মরমদা য়াম্না কুপ্না শাংনা মণিপুরগী মনিংতম্ববু কনখৎতুনা, লোর্দ লেন্সদাউনগী মরালনি হায়না শাংনা শাংনা ইনরকপদা নত্তনা থা ৫ চুপ্না অখঙ-অহৈশিংনা খবরগী মতেংদগী ফিরেপ লৌখিবদি, অহানবদা - মণিপুর মনীংতম্বা ষ্টেটনি থাইনদগী ওইরকই, ওইগদবনি, অনিশুবদা - কশ্মির, হাইদ্রবাদকী থাক্তগীদি মণিপুরনা হেন্না ৱাংই, অহুমশুবদা - বৃটিশনা মণিপুরদা ফোংনা লাল লাউথোক্তনা লান্দবদু লাল্লি, মরিশুবদা - মরালদি লোর্দ লেন্সদাউন অমদি মখা থাবা কুইন্টনগী দ্বাইতনি, মঙাশুবাদা - বৃটিশনা কুলচন্দ্রা, টেকেন্দ্রজিৎ, অঙৌসনা, থঙ্গাল অমদি

অতৈ অথৌবশিং ৱায়েনবা ঙমদে, করিগুম্বা কলকটা হায়কোর্টনা ৱায়েল্লম্লবদি মখল অমনি, তরুকশুবদা - বৃটিশনা মণিপুর এনেক্স তৌবা য়াদে হায়না নোংমা কাংদনা বেঙ্গলগী অখণ্ড-অহৈশিংনা মণিপুরগী মীচংদা কনখৎতুনা কুমজা ১৮৯১ দা থোকখিবা লাল অসি মণিপুরনা চুমই, বৃটিশনা লাল্লি হায়না ইনরকখিবা ঙসিগী মীরোলনা অমুক হন্না য়েংবা চংই। লাল অসিগী মতাংদা বৃটিশনা মণিপুর লৌশিনখ্রে হায়না ইজরবসু, মায়থীরবা মণিপুর বৃটিশ মহারানীনা তোঙান্না থোকখিবা য়াথং মতুংইন্না, বৃটিশকী ওইনা লৌশিল্লোই হায়না লাউথোকখি। কুমজা ১৮৯১ গী মতুংদা ১৯৪৭ ফাওবা বৃটিশনা মণিপুর লৌশিন্দ্রগসু, দে ফেক্তো ওইনা মণিপুরগী মহারাজগী মমিংদা লৈঙাক্কী খুরজি বৃটিশনা পায়দুনা লাকই। মহারানীনা দে জ্যুরে লৈঙাক্তি অদুমক চখ্তরকই।

অদুনা লাল অসিনা খ্বাইদগী মরুওইনা হিরম অহুমদা লালশিগী মতিক ময়াই উবা ফংই, অহানবদা - কুমজা ১৮৯১ দা মায়থিরবা মণিপুর লৌশিনখিদবগী মরম বৃটিশ পার্লিয়ামেন্ট (House of Commons) অমদি (House of Lords) তা এপ্রিলদগী জুলাই থা ফাওবা লালগী মরমদা নৈনরকই। অরোইবদা মণিপুরবু লৌশিল্লোই হায়বা ফিরেপ লৌখি। অনিশুবদা - কুমজা ১৮৯১ না পুৱারীদা য়াম্না সেংবা তাঙ্কক অমদি শক্তম পীবা ঙমখি, অহুমশুবদা - বৃটিশনা মণিপুরগী মথক্তা তৌখিবা অশোইবা-অরানবা অমদি মণিপুরীশিংনা হনবা লৈতনা বৃটিশকা থেংগাইনখিবা অদুনা মণিপুরনা লাল অদুদা মায়থিরবসু মদুনা মরম ওইদুনা বেঙ্গলদা মরৈবাক মরমদম নুংশিবগী, মরমদম কঞ্জনিংবগী মৈরি চুখৎখি, বেঙ্গলগী অরোনবা মরৈপাক নুংশিবগী মৈরিনা ভারত নীংতম্বগী ঈহৌদা খ্বাইদগী চাউবা ইথিল-ইনোৎ অমী পীখি। ঐখোয়না কুমজা ১৮৯১ গী বৃটিশ অমসং মণিপুরগী Political Status কুপ্না য়েংখৎপা, পরম চুম্না নৈনবা মথৌ তাই হায়বদুসু লাইরিক অসিনা থমজনিংই।

# অথৌবশিংগী তেন্তকপা পুন্সি ৱারী

**কুলচন্দ্র মহারাজ** ঃ- ইং ১৮৫৫ গী ফেব্রুৱারি ২ দা পোকই। মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি অমসুং মহারানি চোংথাম চনু লুকেশ্বরি অনীনা মজাইবুংঙো অনী - কুলচন্দ্র অমসুং গন্ধার অনী পোকপদা মহাক্না অহলনি। ইং ১৮৯০ গী সেপ্টেম্বর ২৩ দা মণিপুরগী নিংথৌ ওইদ্রিঙৈদা যুবরাজ ওইরম্মী। মহাক্কী মতমদা বৃটিশনা মণিপুরগী নীংতম্বদা শীংনরকপদগী বৃটিশকা লাল থেংনখি অমসুং লাল অদুদা মায়থিবদগী মহাকপু ফাখি। মহাক ফাবা অমসুং মতেং পাংবা মীদা মথংশিৎনা মনা লুপা ৪,৯০০ অমসুং লুপা ১০০ পীখি। য়েক্লবগী ৱায়েলদা বৃটেনগী মহারানিগী মায়োক্তা লান হৌই হায়না মরাল শীদুনা মহাকপু ফাঁসি তৌদুনা হাৎনবগী রাই তাখি। অদুবু কোন্নথংদা মরন-মথুম পূন্নমক মৎলগা অন্দমান ঈথৎতা মপুন্সিগী লোই থাখি। লাইবক ফবদগী মণিপুরদগী অন্দমান ঈথৎতা লোই থাখিবা মণিপুরগী বন্দিশিংগী মিয়াৎ অদু বৃটিশশিংনা খন্নরবা মতুংদা খরা কোমথোক- কোমশিন তৌবিখি। মদুনা মরম ওইদুনা মহারাজ কুলচন্দ্র ইং ১৯৮৫ গী মে ১১ দা থাদোকখি।

অন্দমানদগী থাদোক্লবসু হাজারিবাঘতা পোলিটিকেল দিতেনু ওইনা থমখি। হায়রিবা মতম অসিদা মঙোনদা থাগী লুপা ৭৫ খরচ ওইনা পীরম্মী। ইং ১৯১৫ গী জুন থাদা মহাক বৃটিশ গভর্ণমেন্টগী অয়াবা লৌরগা রাধাকুন্দদা লৈখি। মতমদুদদি মহাক্কী থাগী পেন্সন অদু লুপা ১০০ দা হেনগৎখি। মফম অদুদা মহাক মশাগী চহী ৮০ রোম শুরকপদা, ইং ১৯৩৪ গী জনুৱারি ২৬ তা নোঙ্গাখি। মহারাজ কুলচন্দ্র অচুম্বা চৎপা অমদি দান তৌবা য়াম্না পামজবা নিংথৌনি।

**অঙৌসনা, সেনাপতি** ঃ- অঙৌসনাগী অশেংবা মমিংদি ভুবনসনা কৌই। মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি অমসুং হাওবম চনু রুপবতিগী মজাইবুংঙোনি। লাল মতমদা মহাক মশাগী চহী ২৫ রোম শুরে। মহাকসু লাল লোইরবা মতুংদা ফাখি অমসুং মহাকপু ফাবদা য়াওখিবা মীওই অহুমদা মনা লুপা ১,৭০০, লুপা ২০০ অমসুং

লুপা ১০০ মথংশিৎনা পীখি। মহাকপু বৃটেনগী মহারানিগী মথক্তা লাল হৌই অমসুং কংলাদা সাহেব মরি হাৎপদা চেন্নে হায়না মরাল শীদুনা মহাকপু ফাঁসি তৌদুনা হাৎনবগী হুকুম তৌরম্মী। অদুবু মমৈদা হাৎপগী মহুৎ মরন-মথুম পূন্বা মৎলগা লোই থাখি। মহাকসু মিয়াৎকী মতম ককথবিদুনা ইং ১৮৯৬ কী জুলাই ১৩ দা থাদোকপদগী হাজারিবাঘতা লৈরিবা ময়াম্বুংগী নাক্তা চৎতুনা লৈখি। মতম অদুদা মহাক্কী খরচ থাগী লুপা ৩০ পীরম্মী কোন্নদি ৫০ দা হেনগৎপিখি। ইং ১৯১১ দা মহাক য়াম্না কন্না নারকপদগী বৃন্দাবনদা হোংদুনা লৈহনখি অদুবু চহীদুমক্কী নবেম্বর ১৮ গী অয়ুক্তা মহাক নোঙ্গাখি।

**লোকেন্দ্র বীরজিৎ ৰাংখৈরাকপা ঃ-** শৌঅন্দ্রো সেনাপতি শাজৌবা অমসুং ঙাংবম চনু উদেশ্বরি অনীনা পোকপনি। মথক্তা ময়াম্বুং ইবুংঙো দিনচন্দ্র, ৰাংখৈরাকপা পোকই। ময়াম্বুংনা লৈখিদ্রবা মতুংদা মহাক্না ময়াম্বুংনা পুরম্বা ফম অসি পুখিবনি। লাল মতমদা মহাক মশাগী চহী ৪৩ শুরে। লাল লোইরবা মতুংদা মহাকপু ফাদুনা বৃটেনগী মহারানিগী মথক্তা লাল হৌবগী মরাল শীদুনা মরল-মথুম পূন্নমক মৎলগা মপুন্সিগী লোই থাখি। অদুবু কোন্নদি মিয়াৎ ককথবীদুনা মহাক ইং ১৮৯৬, জুলাই ২৯ দা থাদোকখি। মহাক নদিয়াদা চৎতুনা লৈখি। অদুবু মফমদু য়ৌবগা ইকুই কুইদনা নোঙ্গাখি।

মহাক মার্চ ২৪ দা সাহেবকী বঙ্গলাদা নোংচুপ্লোমদগী লান্দাবা অদুদা শরুক য়াখি।

**মাইস্নাম শামু, লুৰাং নিংথৌ ঃ-** অরাম্বম নিত্যাইনন্দ লৈকাই হায়না খঙনরম্বা, হৌজিক্না ইম্ফাল ম্যুনিসিপাল কোর্পোরেসনগী ওফিস লৈরিবা মফম অসিদা পোকপনি। অপোকপগী মিংদি গৌরশ্যাম কৌই। লাল থোকপা মতম অদুদা মহাক মশাগী চহী ৬০ শুরবনি। মহাক ফাবা নৎত্রগা পাউ পীরকপা মীদা মনা লুপা ২০০ পীগনি হায়না লাউথোকখি। মহাকসু লাল লোইরবা মতুংদা ফাদুনা লোই থাখি। মঙোন্দা শীরিবা মরালদি বৃটেনগী মহারানিগী মথক্তা লাল হৌবা অমসুং কংলা মনুংদা সাহেব মরি হাৎখিবগীনি। মহাকসু মিয়াৎ মতম তেনশিনবীদুনা ইং ১৮৯৬ কী জুলাই ২৬ তা থাদোকপীখি। মহাক্তি বৃন্দাবনদা লাক্তুনা লৈখি। মণিপুরদা হল্লকপগী অয়াবা লৈতবনা মফম অদুদা অরোইবা য়াহিপ তাল্লমগনি থাজনৈ।

**চোংথাম নীলমনি, অয়াপুরেল মেজর ঃ-** চোংথাম নীলমনিগী অতোপ্পা মমিংশিংদি অঙাংতোন, অঙাতোন, অঙাং অদোন, চোংথা মেঞ্জোর অসিনচিংবনি। অয়াপুরেলগী ফম পুবদগী মহাকপু চোংথা অয়াপুরেল মেজর নৎত্রগা অয়াপুরেল মেজর খক্তমকসু কৌনৈ। মহাক নোংথোনবম লৈকাই হায়না খঙনরম্বা হৌজিক্না ন্যু চেক্কোন হায়না খঙনরিবা মফম অসিদা পোকপনি। অপোকপগী মিংনা খেলাসিং কৌই। লাল থোকপা মতমদা মহাক মশাগী চহী ৫৫ শুরে। মহাক ইং ১৮৯১ গী লাল অদু হৌবদগী লোইবা ফাওবা য়াম্না মরু ওইবা থৌদাং লৌদুনা লাকই। থৌবাল অথোকপমগী লালদা অহৌবা নুমিৎতা মহাক্কী খূৎপুগা আরোং থোঙদা কাপ্পবদা মহাক্কী লান্মী ২০ শিখি। মহাকসু ফাবা মীদা মনা লুপা ২০০ পীখি। মহাক ৯/৫/১৮৯১ ইংদা ফাখি অমসুং অহানবদা শিবগী চৈরাক পীরম্লগা কোন্না মরন-মথুম মৎতুনা অন্দমানদা মপুন্সিগী লোই থাবা হায়না ওস্থোকখি। মহাক্কী মিয়াৎকী মতম ককথখিদুনা মহাকপু ইং ১৮৯৬ কী জুলাই ২৬ তা কর্নেল মাইস্নাম শামুগা লোয়ননা থাদোরকখি। মপুন্সি তেল্লকপনা থাদোরকপা চহী ওল্লকপদা বৃন্দাবনদা অরোইবা য়াহিপ তানখি।

**চোংথা মিয়া, মেজর ঃ-** লল্লাম্বুং মখোঙ চোংথাম লৈকাইদা লৈবা চোংথাম বদরিয়ান অমসুং মন্ত্রিময়ুম শীজ অনীগী মচানুপা তরুক পোকপগী মনুংদা মহাক্না মরিশুবনি। মশাগী অশেংবা মমিংদি ইবোতোন কৌই। লাল থোকপা মতমদা মশাগী চহী ৫০ শুরে। মণিপুর অমসুং বৃটিশ অনীগী লাল অদুগী অহানবা কাপ্পবা অসি মহাকনি; থৌবাল অথোকপমগী লালদসু তোপ অনী পুদুনা লাল চৎখি অমসুং খোংজোমগী লাল অদুদসু মৈতৈ লান্মীগী লাঞ্জিংপুরেল ওইনা মহাক্না য়েক্লবগা লানবাখি। অরোইবা লানফমদা য়েক্লবগী গুলিনা মফম অহুমদা পান্দুনা মহাক তুখি। মহাক মুংবা লাইং কৌবা বরমিজ মেজিষ্ট্রেট অমনা থৌবালদগী কিলোমিটর ১৫ লাপ্পা মফম অমদগী ফাখি। মহাকপু বৃটেনগী মহারানিগী মায়োক্তা লাল হৌই হায়বা মরাল শীজিন্দুনা ফাঁসি তৌদুনা হাৎনবগী হুকুম পীখি। অদুবু কোন্নদি রাই অদু মরন-মথুম পূন্নমক মৎলগা লোই থাবা হায়না ওস্থোকখি। মহাক অন্দমানদা অহানবগী ওইনা এস এস সহজান কৌবা জহাজদা মখোয় ১৫ পুখিবা অদুদা য়াওদুনা ইং ১৮৯১ গী নবেম্বর ২৩ দা থুংখি। মহাক্কী মিয়াৎ মতম তেনশিনখিবদগী ইং ১৮৯৬ কী মে ১২ দা থাদোরক্তুনা বৃন্দাবনদা লাক্তুনা লৈরখি। মফম অদুদা লৈরিঙৈ মহাক্না

বৃটিশ সরকারদা মহাক্কী খরচ পীনবা চে থাখি অমসুং বৃটিশ লৈঙাক্না য়াবীদুনা লুপা ১০০ পীখি। চহী ২/৩ বৃন্দাবনদা লৈরম্লগা মহাক মহাক্কী শাগৈচা ময়াম লৈবা ট্রিপুরাগী নারান খামার কৌবা খুঙ্গং অদুদা লাক্তুনা লৈখি। মফম অদুদা ইং ১৯০৮ গী জনুৱারি ১৭ তা তাইবঙ থাদোকখি। মহাক লান্মী অমগী চপ চাবা মগুণ চেনবা লাঞ্জিংপুরেল অমনি।

**হৈক্রুজম চাওবতোন, সুবেদার** ঃ- খুরাই কোংপালদগীনি। হৈক্রুজম পাঙনদোংনা পোকপনি। লাল মতমদা মহাক মশাগী চহী ৬২ শুরে। মহাক্না অৱাং মায়কৈদা চেনখিবা সাহেবশিং অমসুং খোঙলোইশিং ফানবগী থবক পায়খৎপদা লুচিংখি। লাল লোইরবা মতুংদা মহাকপু ফাদুনা অন্দমানদা লোই থাখি। অহানবদদি মহাকপু শিবগী দন্দি পীরম্বনি। মহাকপু বৃটেনগী মহারানিগী মায়োক্তা লাল হৌই অমসুং টেলিগ্রাফ ওফিসার মেলভিল অমসুং সিগ্নেলর ও ব্রাইন হাৎপদা চেন্নে হায়না মরাল শীখি। ইং ১৯০১ দা মহাকপু অন্দমানদগী থাদোকখি অমসুং মণিপুরদা হনবগী অয়াবা ফংখি।

**মংশাতাবম তোঞ্জাও, জমাদার** ঃ- কবো লৈকাই হায়না খঙনরম্বা হৌজিক্না দিয়ুলালেন্দ হায়রিবা মফম অসিদা পোকখি। মংশাতাবম চাওতোলগী মচানুপানি। লাল থোকপা মতমদা মশাগী চহী ৪৫ শুরে। লান লোইরবা মতুং মহাকপু ফাখি অমসুং বৃটেনগী মহারানিগী মায়োক্তা লাল হৌই অমসুং টেলিগ্রাফ ওফিসার মেলভিল অমসুং সিগ্নেলর ও ব্রাইন হাৎপদা চেন্নে হায়না মরাল শীখি। লোয়ননা অন্দমানদা মপুন্সিগী লোই থাখি। অদুবু মহাক্কী মিয়াৎ মতম ককথবীরকপদগী মহাক ইং ১৯০১ দা থাদোরকখি। মহাক মণিপুরদা হন্দুনা লৈবগী অয়াবা ফংখি।

**ইংঙুদম ঘনসিং, জমাদার** ঃ- শগোলবন্দদা লৈরম্বা ইংঙুদুম শাজৌবগী মচানুপানি। লাল থোকপা মতমদা মশাগী চহী ৪২ শুরে, জমাদারনি। মহাক্কী মথৌদি ইম্ফালদগী মাও ফাওবদা লৈরিবা মণিপুরগী থানাশিং অমসুং লম্বী- থোং য়েংশিনবনি। মার্চকী ২৫ দা ময়াংখাংগী বঙ্গলোদা লান্দাবা অদুদা চেন্নবনি। লাল লোইরবা মতুংদা মহাকপু ফাদুনা মপুন্সিগী লোই থাখি। মঙোন্দা শীরিবা মরালদি বৃটেনগী মহারানিগী মথক্তা লাল হৌবা অমসুং সিগ্নেলর ও ব্রাইন হাৎপনি। মহাক ইং ১৯০১ দা থাদোরকখি অমসুং মণিপুরদা হনবগী অয়াবা ফংখি।

**চিংশুবম নিংথৌবা, জমাদার ঃ-** কবো লৈকাইদগী চিংশুবম বীরসিংগী মচানুপানি। লান মতমদা মশাগী চহী ৪১ শুরে। মহাকসু ময়াংখাং বঙ্গলোদা লান্দাবা অদুদা শরুক য়াখিবা জমাদাররনি। লাল লোইরবা মতুংদা মহাকপু ফাখি অমসুং মঙোন্দা শীরিবা মরালদি বৃটেনগী মহারানিগী মথক্তা লাল হৌবা অমসুং সিগ্নেলর ও ব্রাইন হাৎপনি। মহাক ইং ১৯০১ দা থাদোরকখি অমসুং মণিপুরদা হনবগী অয়াবা ফংখি।

**ফানজৌবম থৌবা সিংহ, জমাদার ঃ-** কবো লৈকাইদা লৈবা ফানজৌবম অঙৌগী মচানুপানি। লাল থোকপা মতমদা মশাগী চহী ৪০ শুরে। মহাকসু ময়াংখাং বঙ্গলোদা লান্দাবা অদুদা শরুক য়াখিবা জমাদাররনি। মহাকপু বৃটেনগী মহারানিগী মথক্তা লান হৌই অমসুং সিগ্নেলর ও ব্রাইন হাৎলি হায়বগী মরাল শীদুনা মপুন্সিগী লোই থাখি। মহাক ইং ১৯০১ দা থাদোরকখি অমসুং মণিপুরদা হনবগী অয়াবা পীখি।

**অশাংবম পরাধুন্বা (ফুরাহোঙবা), কুৎ ঃ-** ৱাংখৈদগী অশাংবম থোঞ্জাওগী মচানুপানি। লাল থোকপা মতমদা মহাক মশাগী চহী ৪৭ শুরে। কুৎ (হভিলদার) অমা ওইনা মহাক ময়াংখাং থানা পান্নবনি। কুৎ ওইবনা মহাকপু অশাংবা কুৎ হায়না কৌনৈ। মার্চকী তাং ২৫ দা ময়াংখাং বঙ্গলোদা লান্দাবা অদুদা য়াম্না মরু ওইবা থৌদাং লৌখি। কোনুংদগী থানা মপাঙ্গল কনখৎহন্নবা য়াথং লাকপদা মহাক মথন্তনা ময়াংখাং খুলদগী খুঞ্জা ময়াম খোন্মুদুনা লান্দা অদু চথখিবনি। লান লোইরবা মতুংদা মহাকপু ফাদুনা সিগ্নেলর ও ব্রাইনবু হাৎপগী মরাল শীজনখি অমসুং অন্দমান ঈথৎতা মপুন্সিগী লোই থাখি। অন্দমানদা চহী ২৫ লৈখিবা মখোয় অহুমগী মনুংদা মহাকসু অমনি। খ্বাইদগী মিয়াৎ শাংবসি মহাকনি। মহাক ইং ১৯১৬ কী ওক্টোবর থাদা থাদোক্কদবা অদু থা খরা ককথরগা নোংথোনবম ট্রিলোক অমসুং শগোলশেম ধন অনীগা পূন্না জুলাই ৩০ দা থাদোকখি। মহাক মণিপুরদা হনবগী অয়াবা ফংবনা মণিপুরদা হল্লক্তুনা লৈরম্মী।

**য়েনখোম অবুংজাও, লাল্লুপচিংবা ঃ-** ওইনাম থিংঙেলদা (শিংজমৈ) লৈবা বীরগী মচানুপানি। লাল্লুপচিংবগী ফম পুবনি। লাল থোকপা মতমদা মশাগী চহী ৬০ শুরে। মহাক মার্চকী ২৪ দা সাহেব মঙা হাৎখিবা অদু হাৎত্রিঙৈ দরবারশঙদা

থন্বা মতমদা মখোয় নিপাননা শন্ত্রি ওইনা শঙবদা য়াওখিবনি। সাহেব মরি হাৎলি হায়বগী মরাল শীদুনা মহাকপু ফাঁসি তৌদুনা হাৎনবগী রাই পীখি। অদুবু কোন্নদি পুন্সিগী লোই থাবদা ওন্থোকখি। মহাক ইং ১৮৯২ গী ফেব্রুৱারিগী মমাঙদা অন্দমানদা লৈখিদে। মহাক্তি মতমদুদা মশা কন্না ঙমদ্রবনি অমসুং কুইনা হিংদৌবা মান্দ্রে হায়না মশানা হায়রম্মী।

**খোমদ্রাম ঘনসিং, লাল্লুপচিংবা** ঃ- ৰাংখৈদা লৈরন্বা খোমদ্রাম লাইবা সিংহগী মচানুপানি। লাল মতমদা মশাগী চহী ৫০ শুরে। মার্চ ২৪ দা সাহেবশিং দরবারশঙদা থল্লিঙৈদা শঙবা শন্ত্রি ৮ গী মনুংদা অমনি। মহাকপু সাহেব মরি হাৎপগী মরাল শীদুনা অহানবদা ফাঁসি তৌদুনা হাৎনবা রাই পীখি। অদুবু কোন্না অন্দমানদা পুন্সিগী লোই থাখি। মহাক্কী মিয়াৎ মতম ককথখিবদগী মহাক ইং ১৯০৬ তা মখোয় মঙা থাদোরকপদা মহাকসু য়াওখি লোয়ননা মখোয়বু দরংদা লৈহনখি। অদুবু কুইনা হিংউ তল্লমদ্রে। চহীদুমক্কী দিসেম্বর ১ দা মহাক দরংদা লৈখিদে।

**উশম অরু সিংহ, লাল্লুপচিংবা** ঃ- কবো লৈকাইদগী উশম চুরামনি সিংহগী মচানুপানি। লাল মতমদা মশাগী চহী ৩৬ শুরে। মার্চ ২৪ দা সাহেবশিং দরবারশঙদা থল্লিঙৈদা শঙবা লাল্লুপচিংবা মরি অমসুং মচাহল মরিনা শাবা শন্ত্রি ৮ গী মনুংদা অমনি। মহাকপু সাহেব মরি হাৎপগী মরাল শীদুনা অহানবদা ফাঁসি তৌদুনা হাৎনবা রাই পীখি। অদুবু কোন্না অন্দমানদা পুন্সিগী লোই থাখি। মহাক্কী মিয়াৎ মতম ককথখিবদগী মহাক ইং ১৯০৬ তা থাদোরকখি লোয়ননা দরংদা লৈহনখি। ইং ১৯২৪ গী আগষ্ট ৩১ দা মহাক্না নেপ্রম নোনিগা পূন্না চুরাচান্দ মহারাজদা মখোয়বু মণিপুরদা হল্লকপা য়াহনবিয়ু হায়না দরখাষ্ট অমা থাখি। অদুবু মণিপুরদা লাকপগী অয়াবদি পীখিদে। বৃন্দাবনদা লৈবা য়াবগী অয়াবদি পীখি।

**হিদম চাওবা, মচাহল** ঃ- নিংঙোম্বমদগী হিদম গুণগী মচানুপানি। লাল মতমদা মশাগী চহী ৩৩ শুরে। মচাহল হায়বা ফম অদু পুবনি। মার্চকী ২৪ দা দরবারশঙদা সাহেব শঙবদা য়াওবনি। সাহেব মচা মরি হাৎপগী মরাল শীদুনা মহাকপু শিবগী দন্দি পীরম্বনি। অদুবু কোন্না লোই থাবা হায়না ওনখি। মহাক অন্দমানদগী ইং ১৯০৬ তা থাদোরক্লুনা দরংদা লৈখি।

**ময়েংবম ধোজো, মচাহল ঃ-** শিংজমৈ ময়েংবম লৈকাইদগী ময়েংবম ধর্মগী মচানুপানি। লাল মতমদা মশাগী চহী ৩৩ শুরে। মচাহল হায়বা ফম অসি পুবনি। মার্চকী ২৪ দা দরবারশঙদা সাহেব শঙবদা য়াওবনি। সাহেব মচা মরি হাৎপগী মরাল শীদুনা মহাকপু শিবগী দন্দি পীরম্বনি। অদুবু কোন্না লোই থাবা হায়না ওনখি। মহাক অন্দমানদগী ইং ১৯০৬ তা থাদোরক্কুনা দরংদা লৈখি।

**নেপ্রম নোনি সিংহল মচাহল ঃ-** তেরা কৈথেল য়াম্বেম লৈকাইদগী নেপ্রম কোনুবাগী মচানুপানি। লাল মতমদা মশাগী চহী ২৮ শুরে। মার্চকী ২৪ দা দরবারশঙদা সাহেব শঙবদা য়াওবনি। সাহেব মচা মরি হাৎপগী মরাল শীদুনা মহাকপু শিবগী দন্দি পীরম্বনি। অদুবু কোন্না লোই থাবা হায়না ওনখি। মহাক অন্দমানদগী ইং ১৯০৬ তা থাদোরক্কুনা দরংদা লৈখি। ইং ১৯২৪ গী আগষ্ট ৩১ দা মহাক্না মহাক্কা দরংদা পূন্না লৈমিন্নরিবা উশম অরু সিংহগা পূন্না চুরাচান্দ মহারাজদা মখোয়বু মণিপুরদা হল্লকপা য়াহনবিয়ু হায়না দরখাষ্ট থাদুনা হায়জখি। পাউখুম ওইনা মখোয়বু মণিপুরদা লাকপগী অয়াবা পীদ্রবসু বৃন্দাবনদা লৈবগী অয়াবা পীখি। লাইবক থিবদি মহাক বৃন্দাবনদা চৎত্রিঙৈ ইং ১৯২৪ গী দিসেম্বর ১৮ দা দরংদা (তেজপুর) পুন্সি লোমখি।

**লাইশ্রম খম্বা সিংহ, মচাহল ঃ-** য়ুম্নাম লৈকাইদগীনি (শিংজমৈ)। অপোকপগী মিং অসি লাইশ্রম কাজাও নৎত্রগা কোজাও কৌরম্বা য়াই। মহাক মচাহলগী ফম পুবনি। লাল মতমদা মশাগী চহী ২৭ শুরে। মার্চকী ২৪ দা সাহেব মঙা হাৎলমদায়দা দরবার শঙদা থম্বা মতমদা শন্ত্রি তাবদা য়াওখিবা মীশকনি। মহাকপু সাহেব মরি হাৎপগী মরাল শীদুনা অহানবদা ফাঁসি তৌদুনা হাৎনবগী হুকুম তৌখি। কোন্না অন্দানদা পুন্সিগী লোই থাবা হায়বা ওন্থোকখি। মহাক্তি অন্দমানদা ইং ১৮৯৪ গী দিসেম্বর ১৭ তা লৈখিদে।

**নোংথোনবম ট্রিলোক সিংহ, শতৰাল ঃ-** কবো লৈকাইদগীনি। অপোকপগী মিংসি খেলা নৎত্রগা কলা কৌরম্বা য়াই। মহাক শঙলিংবশিংগী মকোকনি। লাল মতমদা মহাক মশাগী চহী ৬০ শুরে। মঙোন্দা শীরিবা মরালনা মার্চকী ২৪ দা কংলাদা সাহেবশিং মঙক কক্কুনা হাৎলি হায়বনি। মহাকপু অহানবদা শিবগী দন্দি পীখি। কোন্না অন্দমানদা পুন্সিগী লোই থাবা হায়না ওনখি। মণিপুরদগী অন্দমানদা

লোই থাখিবশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী কোন্না থাদোরকপা অহুমগী মনুংদা মহাকসু অমনি। মহাক ইং ১৯১৬ কী জুলাই ৩০ দা থাদোকখি। অদুমকপু মণিপুরগী নিংথৌনা মণিপুরদা হল্লকপগী অয়াবা পীখিদবনা শিলেৎতা লৈহনখি।

**শগোলশেম ধন সিংহ, শঙলিংবা** ঃ- (শিংজমৈ মখা) খোংনাং ফৈদেকপী মখাদগী শগোলশেম অনিন্দ্রামগী মচানুপানি। লাল থোকপা মতমদা মহাক চহী ৫০ শুরে। মার্চকী ২৪ দা কংলাদা সাহেব মঙা অমসুং বেঙ্গুন খোংবা অমগা পুন্না মখোয় তরুক মঙক কক্তুনা হাৎপগী থবক পাংথোকখিবদু মহাক্ননি। মহাক্তি জবান পীবদসু য়াম্না মথৌনা লৈনা সাহেবশিং হাৎপগী থবক্তু মহাক্না তৌবনি হায়না খুমখি। লৈথোক-লৈশিন তৌদুনা খুমখিদে। সাহেবশিং অদু হাৎপগীদমক মহাকপু শিবগী দন্দি পীনবা হুকুম তৌখি। অদুবু কোন্না মহাক মপুন্সিগী লোই থাবদা ওন্থোকখি। অন্দমানদা মহাক চহী ২৫ মিয়াৎ তাদুনা লৈরুরবা মতুংদা ইং ১৯১৬ কী জুলাই ৩০ দা থাদোরকখি। মণিপুরদা হল্লকপগী অয়াবা মণিপুরগী নিংথৌনা পীরকখিদবনা মহাক শিলেৎতা লৈহনখি।

**গৌকামি নাগা** ঃ- অন্দমানদা লোই থাখিবা মখোয় ২৩ গী মনুংদা চে-চাং নীংথিনা ফংদ্রিবা অনীগী মনুংদা মহাকসু অমনি। মহাক ময়াংখাংদগীনি। মহাক ওইনামদগী ফাখিবনি। মার্চ ২৪ দা ময়াংখাং বঙ্গলোদা লান্দাবা অদুদা য়াওই। সিগ্নেলর ও ব্রাইন হাৎপা অমসুং মি: মেলভিল হাৎপদা লৌতুনবা য়াওই হায়বগী মরাল শীদুনা অন্দমানদা পুন্সিগী লোই থাখিবনি। অদুবু মিয়াৎ ককথবীদুনা ইং ১৯০১ দা থাদোরকখি অমসুং মণিপুরদা হল্লকপগী অয়াবসু ফংখি।

**গৌহো নাগা** ঃ- অন্দমানদা লোই থাখিবা মখোয় ২৩ গী মনুংদা চে-চাং নীংথিনা ফংদ্রিবা অনীগী মনুংদা মহাকসু অমনি। মহাক ময়াংখাংদগীনি। মহাক ওইনামদগী ফাবনি। ময়াংখাং বঙ্গলোদা লান্দাবা অদুদা য়াওই। সিগ্নেলর ও ব্রাইন হাৎপা অমসুং মি: মেলভিল হাৎপদা লৌতুনবা য়াওই হায়বগী মরাল শীদুনা অন্দমানদা পুন্সিগী লোই থাখিবনি। অদুবু মিয়াৎ ককথবীদুনা ইং ১৯০১ দা থাদোরকখি অমসুং মণিপুরদা হল্লকপগী অয়াবসু ফংখি।

**কর্টেশি: চোংথাম তোম্বা, কোলম্নিস্ট, নহারোলগী থৌদাং**

মৈদিংঙু গরিবনিৱাজ
[ইবেম্মা ১০ নি]
(অরাম্বম চনু) (১)
শ্যামশাই
(ৱায়েনবম চনু) (২)
চিংশাই
নন্দশাই
তঙ্গশাই
স্যবশচি
ভারতশাই
শত্রুঘ্নশাই
(৩) (৪) (৫) (৬)
(মাইবম চনু)(৭)
ভৌৱাম শাই
(৮) (৯) (১০)
(ৱায়েনবম চনু)
গৌরশ্যাম
ভগ্যচন্দ্র
কৃষ্ণচন্দ্র
(থোংবম চনু)
ভবানন্দ
(মোইরাংথেম চনু)
তুঙ্গোংঙম্বী
(মোইরাংথেম চনু)
পোংলেনখোম্বী
ভদ্রসিং
(সিনাম চনু)
চন্দ্রাবলি
(ইবেম্মা ৯৪নি, ৮৬তি শোইনাইদে)
(১) (২) (৩) (৪) (৫) (৬) (৭) (৮)
(খুম্বোংময়ুম চনু)
বিশ্বনাথ
গম্ভীরসিং
[গম্ভীরসিংনা ইবেম্মা ১১ পান্নে, ৯দি শোইনাইদে]
(মাইবম চনু থবা)
মানরজিৎ
(মাইস্নাম চনু কুমুদিনি)
চন্দ্রকীর্ত্তি
[চন্দ্রকীর্ত্তিনা ইবেম্মা ১২ পান্নে, ৬তি শোইনাইদে]
(১) (অঙোম চনু লুকেশ্বরী) সুরচন্দ্র থম্বৌসনা (কেশরজিৎ) পাকাসনা (ভৈরবজিৎ) গোপালসনা (পদ্মলোচন)
(২) (ওইনাম চনু ভীমেশ্বরী) ফৈজাউসনা (ঝলকীর্ত্তি) স্নায়াইমা
(৩) লোংজম চনু হরিনমঞ্জুরী - শোইনাইদে
(৪) (চোংথাম চনু কৌশেশ্বরী) কোইরেং (টেকেন্দ্রজিৎ)
(৫) (চোংথাম চনু লুকেশ্বরী) কুলচন্দ্র গন্ধারসিংহ
(৬) (হাওবম চনু রূপবতী) অঙৌসনা (ভুবন সিংহ)
(৭) কোংথাম চনু চন্দ্রবলি - শোইনাইদে
(৮) (অকোইজম চনু খগুালেখী) জিলাঙম্বা (লক্ষ্মী নারায়ন)
(৯) চিংঙ্গবম চনু মুখশশী - শোইনাইদে
(১০) থোকচোম চনু চন্দ্রমুখী - শোইনাইদে
(১১) হেইখাম চনু যুবতী - শোইনাইদে
(১২) উশম চনু দুলরী - শোইনাইদে
(লোক্তোনবম চনু প্রেমলাতা)
নরসিং
যাদব
(ৱাহেংবম চনু রসনি)
প্রতাপ সিংহ
ভগিন্দ্র/ভুবনসিং
(থোকচোম চনু)
চাওবীয়াইমা
(মোইরাংথেম চনু ললিতমঞ্জুরী)
(থাংজম চনু চিত্রবতী)
রাজা ডুম্ব্রাসিং
দেবসিং/ডিম্বোনসিং
চন্দ্রহাসসিং
চুরাচান্দ

# গরিবনিৱাজ মহারাজদগী হৌরগা বৃটিশনা লৈঙাকপা মতম ফাওবদা মণিপুরগী নিংথৌ ওইখিবশিং

মহারাজ গরিবনিৱাজ সনা হাক্তক্তগী বৃটিশনা পানবা লোইবা ফাওবদা মণিপুরদা পানখিবা নিংথৌ মশীংসি পূন্না ২৩ নি। মখোয়শিং অদুদি- (১) গরিবনিৱাজ, (২) চিৎশাই, (৩) ভারতশাই, (৪) গৌরশ্যাম/মরাম্বা (তাঙ্কক অনীরক নিংথৌ ওই), (৫) চীংথংখোম্বা/ভগ্যচন্দ্র (তাঙ্কক অনীরক নিংথৌ ওই), (৬) লাবন্যচন্দ্র, (৭) মধুচন্দ্র, (৮) চৌরজিৎ, (৯) মার্জিৎ, (১০) হেরাচন্দ্র/তাকু নিংথৌ, (১১) যুমজাওতাবা, (১২) গম্ভীরসিংহ (তাঙ্কক অনীরক নিংথৌ ওই), (১৩) জয়সিং, (১৪) যদুসিং, (১৫) রাঘবসিং, (১৬) ভদ্রসিং, (১৭) চন্দ্রকীর্ত্তি (তাঙ্কক অনীরক নিংথৌ ওই), (১৮) নরসিং, (১৯) দেবেন্দ্রসিং, (২০) সুরচন্দ্র, (২১) কুলচন্দ্র, (২২) চুরাচান্দ অমসুং (২৩) বোধচন্দ্র অসিনি।

গরিবনিৱাজ মহারাজনা চহী ৩৯ পাল্লবা মতুংদা মহাক্কী অহুমশুবী মহারানি ৱায়েনবম চনুনা পোকপা সমৈরাং চিৎশাইনা চহী ৪ নিংথৌ ওইনা পাল্লি। মথংদা মহাক্কী পোকমিন্নবা মঙাশুবা মনাও ভারতশাইনা নিংথৌ ওইদুনা চহী ২ পাল্লি। মথংদা গরিবনিৱাজ মহারাজগী মহারানি অহল অরাম্বম চনুনা পোকপা সনাহল শ্যামশাইনা পোকপা মজাইবুংঙো গৌরশ্যাম/মরাম্বনা চহী ৬ রোম পাল্লবা মতুংদা মহাক্কী পোকমিন্নবা মনাওইবুংঙো চীংথংখোম্বা/ভগ্যচন্দ্রনা মহুৎ শিল্লি। ভগ্যচন্দ্র মহারাজনা চহী ৩ লোম পাল্লবা মতুংদা ময়াম্বুং গৌরশ্যামনা অমুক হন্না চহী ২ রোম পাল্লি। মনাওইবুংঙো ভগ্যচন্দ্রনা অমুক নিংথৌ ওইদুনা চহী ৩৫ পানখি। ভগ্যচন্দ্র মহারাজনা অনীরক পাল্লবা মতুংদা ইনিংথৌ অসিগী মহারানি অহল মৈতৈ লৈমা অখাম চনুনা পোকপা মজাইবুংঙো য়াইমা লাবন্যচন্দ্রনা চহী ৩ পাল্লি। মথংদা মহারাজ ভগ্যচন্দ্রগী মহারানি য়াইমা মৈতৈ লৈমা ঙাংবম চনুনা পোকপা সনা মধুচন্দ্রনা

নিংথৌ ওইদুনা চহী ৩ পাল্লি। মথংদা ভগ্যচন্দ্র মহারাজগী মৈতৈ লৈমা শোকপাওঙন্বী হুয়েন করৱাফাবিনা পোকপা মজাইবুংঙো অতোনবা চৌরজিৎনা নিংথৌ ওইদুনা চহী ১০ পাল্লি। মথংদা মৈতৈ মহারাজ ভ্যগচন্দ্রগী লৈমা অখাম চনু চন্দ্রমুখিনা পোকপা মার্জিৎনা চহী ৬ নিংথৌ ওই। মথংদা মহারাজ মধুচন্দ্রগী লৈমা কোনসম চনুনা পোকপা য়ূমজাও তাবনা চহী ১ মুক নিংথৌ ওই। মথংদা মহারাজ ভগ্যচন্দ্রগী লৈমা খুম্বোংময়ুম চনুনা পোকপা গম্ভীরসিংহনা থা ৬ লোম নিংথৌ ওই। মতুংদা গরিবনিৱাজ মহারাজগী মচাইবুংঙো নন্দশাইগী ইবেম্মা ঙাংবম চনুনা পোকপা ইবুংশি কুকিলানন্দগী ইবেম্মা অহৈবম চনুনা পোকপা জয়সিংনা চহী ১ রোম নিংথৌ ওই। মথংদা মৈদিংঙু ভদ্রসিংগী লৈমা থাংজম চনু হরিপৃয়ানা পোকপা যদুসিংহ নোংপোক চীংলেন খোম্বনা চহী ১ রোম নিংথৌ ওই। মথংদা মৈদিংঙু যদুসিংগী পোকমিন্নবা মনাওইবুংঙো রাঘবসিংহনা চহী ২ নিংথৌ ওই। মথংদা গরিবনিৱাজ মহারাজগী লৈমা মাইবম চনুনা পোকপা ঙৌব্রাম ধরশাইগী ইবেম্মা মোইরাংথেম চনু পোংলেনখোম্বীনা পোকপা ভদ্রসিংহনা চহী ১ নিংথৌ ওই। মতুংদা মহারাজ গম্ভীরসিংহনা অমুক চহী ৯ পাল্লি। মথংদা মহারাজ গম্ভীরসিংগী মহারানি মাইস্নাম চনু কুমুদিনিনা পোকপা চন্দ্রকীর্ত্তিনা চহী ১০ পাল্লি। মথংদা মহারাজ ভদ্রসিংহগী লৈমা লোক্তোনবম চনু প্রেমলাতানা পোকপা নরসিংহনা চহী ৬ নিংথৌ ওইদুনা পাল্লি। মহাক্কী মতুংদা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা অমুক চহী ৩৬ পাল্লি। মথংদা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মহারানি অহল অঙোম চনুনা পোকপা মজাইবুংঙো সুরচন্দ্রনা চহী ৪ পাল্লি। মতুংদা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী লৈমা চোংথাম চনু লুকেশ্বরিনা পোকপা কুলচন্দ্রনা থা ৯ নিংথৌ ওইদুনা পাল্লি। মথংদা মহারাজ নরসিংহগী মশু ইবুংঙো চাওবীয়াইমগী ইবেম্মা অহল মোইরাংথেম চনু ললিতমঞ্জুরিনা পোকপা চুরাচান্দনা নিংথৌ ওইদুনা চহী ৫০ পাল্লি। মথংদা মহারাজ চুরাচান্দগী রানি চিংঙাখম চনু শ্যাম্মাশখিনা পোকপা বোধচন্দ্রনা চহী ১৪ পানখি।

**গরিবনিৱাজ মহারাজগী চাদা নাওদা পরিংদা নিংথৌ ওইবশিংঃ**

গরিবনিৱাজ মহারাজনা ইবেম্ম ১০ পান্নে। মখোয়শিং অদুদি- (১) অরাম্বম চনু: সনাহল শ্যামশাই খুরাইরাকপা পোকই। মশামক্তি নিংথৌ ওইদে, মহাক্কী মচাইবুংঙো ৩ গী মনুংদা গৌরশ্যাম/মরাম্বা অমসুং ভ্যগচন্দ্র/চীংথংখোম্বা অনীদি নিংথৌ ওই। (২) হাওবম চনু: ধরশাই পোকই। (৩) ৱায়েনবম চনু: সমৈরাং

চিৎশাইনে, নন্দশাইনে, তুঙ্গশাইনে, স্যবশচিনে, ভারতশাইনে, শত্রুঘ্নশাইনে পূন্না ৬ পোকই। (৪) চিংঙাখম চনু: হরিচরণনে, গদাধরশাইনে, দুর্লশাইনে পূন্না ৩ পোকই। অহুম্মক নিংথৌ ওইদে। (৫) ঙাংবম চনু: সনাহল মুরারি পোকই। ঈ তাদে। (৬) যাইখোম চনু: হরিশাই পোকই। (৭) লাইরিকয়েংবম চনু: আনন্তশাই পোকই। (৮) মাইবম চনু: ঙৌব্রাম ধরশাই পোকই। মশামক্তি নিংথৌ ওইখিদে অদুবু মহাক্কী মশু নরসিং অমসুং মচা ভদ্রসিংদি নিংথৌ ওই। (৯) মোইরাংথেম চনু: কিশ্বোরশাই পোকই। (১০) অরাম্বম চনু: তুলসি শাইনে মেঘশাইনে অনী পোকই।

গরিবনিৱাজ মহারাজগী লৈমা অরাম্বম চনুনা পোকপা শ্যামশাই খুরায়রাকপনা ৱায়েনবম চনু চখামরিং লোইখোম্বীগা থোংবম চনুগা পূন্না ইবেম্মা অনী পান্নে। (১) ৱায়েনবম চনুনা গৌরশ্যামনে (নিংথৌ ওই), ভগ্যচন্দ্রনে (নিংথৌ ওই), কৃষ্ণচন্দ্রনে পূন্না ৩ পোকই। (২) থোংবম চনুনা ভবানন্দ পোকই। নিংথৌ ওইদে, ঈশু তাদে।

ভগ্যচন্দ্র মহারাজনা মৈতৈ লৈমা ৫, অপানবী ৪ য়াওনা পূন্না ইবেম্মা ৯৪ পান্নে। মখোয়শিং অদুদি- (১) খুমন্থেম চনু চিলমনি ( মৈতৈ লৈমা/মহারানি), (২) অখাম চনু ঙাংবী, (৩) ঙাংবম চনু হরিমতি ( মৈতৈ লৈমা), (৪) চিংঙাখম চনু দেবহুতি ( মৈতৈ লৈমা), (৫) অখাম চনু খোংজাই ঙম্বী ( মৈতৈলৈমা), (৬) সিনাম চনু, (৭) য়ূমলেম্বম চনু কৃষ্ণময়ি, (৮) চিংঙাখম চনু ঘন, (৯) হাওৱোইবম চনু সত্যভমা, (১০) থিয়াম চনু, (১১) মোইরাং চনু কমলাবতি, (১২) লৌখাম চনু কুমুদিনি, (১৩) লারুংবম চনু চন্দ্রবতী, (১৪) লৌখাম চনু, (১৫) অখাম চনু চন্দ্র, (১৬) অখাম চনু চন্দ্রমুখি ( মৈতৈ লৈমা), (১৭) অখাম চনু যজ্ঞশ্রেনী, (১৮) ঙাংবম চনু হরিমতি, (১৯) থাংজম চনু রসরিকা, (২০) সোরাম চনু, (২১) ঙাংবম চনু রসমনি, (২২) অহৈবম চনু দরবতি, (২৩) লাইরিকয়েংবম চনু মন্দাকিনি, (২৪) শাৎপম চনু দেবযানি, (২৫) খুম্বোংময়ুম চনু ভগ্যবতি, (২৬) শাৎপম চনু শৌদামবিনি, (২৭) য়ুমলেম্বম চনু ঙাংবী, (২৮) য়ূমলেম্বা চনু ভবানি, (২৯) লাইরিকয়েংবম চনু সুভদ্রা, (৩০) থোকচোম চনু চিত্রা, (৩১) হিদাম চনু মালিকা, (৩২) খুমন্থেম চনু চন্দ্রাবলি, (৩৩) হাওবিজম চনু নবমালা,

(৩৪) খরিবম চনু, (৩৫) চকপ্রম চনু চন্দ্রাবলি, (৩৬) কোংবম চনু থম্বালনু, (৩৭) ওইনাম চনু ভগ্যাবতি, (৩৮) হোংনেমশুম্বম চনু প্রেমমালা, (৩৯) তাওরেম চনু শ্বরি, (৪০) অচোম চনু রত্নমালা, (৪১) ঙাংবম চনু প্রেমময়ি, (৪২) কব্রবম চনু হরি, (৪৩) ফুরিৎশাবম চনু বৃন্দাময়ি, (৪৪) মাইবম চনু তর, (৪৫) হাওবম চনু, (৪৬) হাওবম চনু পদ্মা, (৪৭) লাইশ্রম চনু কমলা, (৪৮) লাইশ্রম চনু, (৪৯) শনখোম চনু, (৫০) পাঙনবম চনু লতা, (৫১) শঞ্জেনবম চনু ইন্দু মালিকা, (৫২) শঞ্জেনবম চনু প্রেমমালা, (৫৩) সোরোকখাইবম চনু ললিতা, (৫৪) চোংথাম চনু ললিতা, (৫৫) ফুরিৎশাবম চনু কুঞ্জ, (৫৬) উশম চনু চন্দ্র, (৫৭) তোঞ্জম চনু দয়া, (৫৮) খাঙেম্বম চনু রস, (৫৯) খাঙেম্বম চনু ভগ্যা, (৬০) লাইশ্রম চনু চম্পকলতা, (৬১) লাইকংবম চনু জয়মালা, (৬২) লাইরেনময়ুম চনু উমা, (৬৩) লাইফ্রাকপম চনু কুঞ্জ, (৬৪) চান্দম চনু হরিমতি, (৬৫) চান্দম চনু ললিতা, (৬৬) ৱাহেংবম চনু হেমলতা, (৬৭) এন্দ্রেম্বম চনু, (৬৮) অঙোম চনু বৃন্দা, (৬৯) ৱাইরোকপম চনু পদ্মা, (৭০) শঞ্জেনবম চনু, (৭১) অচোইবম চনু ভগ্যমালা, (৭২) নিংঙোম্বম চনু মাধবী, (৭৩) নিংঙোম্বম চনু শৌদামবীনি, (৭৪) চিংঙাখম চনু সুরঙ্গিনি, (৭৫) চিংঙাখম চনু চন্দ্র, (৭৬) থিয়াম চনু চন্দ্রা, (৭৭) তখেন চনু কমলা, (৭৮) ঙাংবম চনু ভুজবতি, (৭৯) মৈয়েংবম চনু সুন্দরি, (৮০) কোনসম চনু লুকমনি, (৮১) লৌরিয়াম চনু, (৮২) কিয়াম চনু মালিকা, (৮৩) মাইবম চনু, (৮৪) ক্ষেত্রিময়ুম চনু গুণমালা, (৮৫) খেত্রি চনু রত্নমালা, (৮৬) খেত্রি চনু ধর্মমেশ্বরি, (৮৭) ক্ষেত্রি চনু হেমা, (৮৮) ক্ষেত্রি চনু রুহিনী, (৮৯) খুরাইজম চনু কুমুদিনি, (৯০) সেরাম চনু, (৯১) ৱাইরোকপম চনু ভরনী, (৯২) লংমাইথেম চনু যসদা, (৯৩) নোংথোনবম চনু অমসুং (৯৪) য়াংঙম্বম চনু অসিনি।

মখোয় ৯৪ অসিগী মনুংদা ইবেম্মা ৮৬ না শোইনাইদে হায়বদি মচা ধারা লৈতে। চাদা নাওদা থনম্বা ইবেম্মা ৮ অদুদি:-

১। শ্রীমতী মৈতৈ লৈমা আখাম চনু লীক্লাং খোমহানবী শেনবী পাইখু লান্থাবী হুয়েন নিগ্নি ফাবীনা: সনাহল নবানন্দনে, লাবন্যচন্দ্রনে (নিংথৌ ওই), সনা অতোম্বনে পূন্না ৩ পোকই।

২। শ্রীমতী মৈতৈ লৈমা ঙাংবম চনু মেতু লোইখোম্বী ৱাইরং লমনেম্বী: সনা মধুচন্দ্র পোকই। নিংথৌ ওই।

৩। শ্রীমতী মৈতৈ লৈমা শোকপাওঙম্মী হুয়েন করৱাফাবী: সনা হেমচন্দ্র তেকখাওখোম্বা সেনাপতিনে সনা চৌরজিৎ (নিংথৌ ওই) নে অনী পোকই।

৪। শ্রীমতী মৈতৈ লৈমা খুম্বোংময়ুম চনু তরং লান্থাবী খাম্রন অংগে ফাবী: সনা বিশ্বনাথনে সনা গম্ভীরসিংনে (নিংথৌ ওই) অনী পোকই।

৫। শ্রীমতী মৈতৈ লৈমা অখাম চনু: সনা তুলজিৎ পোকই।

৬। য়াঙম্বম চনু: সনা পুরাৱাজা পোকই।

৭। সোরাইসম চনু: সনা লামকান্তা পোকই।

৮। শ্রীমতী মৈতৈ লৈমা অখাম চনু চন্দ্রমুখি: মার্জিৎ পোকই। নিংথৌ ওই।

মহারাজ লাবন্যচন্দ্রনা ইবেম্মা ২৭ পান্নে। মখোয়শিং অদুদি:- শ্রীমতী মহারানি থাংজম চনু রসনিকা, (২) হংলেম চনু, (৩) শমনোম চনু, (৪) থিয়াম চনু, (৫) তাওরেম চনু, (৬) অকোইজম চনু, (৭) খোইবম চনু, (৮) ক্ষেত্রিময়ুম চনু (১ দগী ৮ ফাওবসিদি অপানবীনি), (৯) ক্ষেত্রিময়ুম চনু, (১০) অঙোম চনু লৈমাখুবী, (১১) লাইরিকয়েংবম চনু, (১২) চান্দম চনু, (১৩) ক্ষেত্রিময়ুম চনু, (১৪) ওইনাম চনু, (১৫) ঙাংবম চনু, (১৬) ৱাইরোকপম চনু, (১৭) কোনসম চনু, (১৮) লাইরিকয়েংবম চনু, (১৯) মাইস্নাম চনু, (২০) চীংশুবম চনু, (২১) ফুরিৎশাবম চনু, (২২) লাইশ্রম চনু, (২৩) অয়েকপম চনু, (২৪) য়াইখোম চনু, (২৫) লাইরেনময়ুম চনু, (২৬) এলাংবম চনু, (২৭) শ্রীমতী সোরোকখাইবম চনুনি।

ইবেম্মা ১৮ দি শোইনাইদে। চাদা-নাওদা থনম্বা ইবেম্মশিংদি:- (১) লাইরেনময়ুম চনু: সনা তরংখোম্বা পোকই, (২) লাইরিকয়েংবম চনু: সনা সিংহজিৎ পোকই, (৩) থিয়াম চনু অপানবী য়াইনা: সনা গুণচন্দ্র পোকই, (৪) অকোইজম চনু অপানবী: সনা হেরাচন্দ্র পোকই, (৫) ক্ষেত্রি খানা চাওবম চনু: সনা ছত্রচন্দ্র পোকই, (৬) ক্ষেত্রি চনু: সনা অমা পোকই। ঔৱাদা চঙখি, (৭) চান্দম চনু: ইবুংঙো অমা পোকই। ঈ তাদে, (৮) হংলেম চনু: সনা অমা পোকই। ঈ তাদে, (৯) শংখোম চনু: সনা অমা পোকই। ঈ তাদে, (১০) শ্রীমতী থাংজম চনু রসরিকা: ইবুংঙো তিঘ্নজিৎ পোকই।

মৈদিংঙু চৌরজিৎ/ নোংচুপ ফালোক ৱাইরং পামহৈবা মহারাজনা ইবেম্মা ৫০ পান্নে। মখোয়শিং অদুদি :- (১) শ্রীমতী মহারানি লাইশ্রম চনু থোংনাং লান্থাবী, (২) ঙাংবম চনু, (৩) থিংগোম চনু, (৪) মৈতান কৈশংবম চনু, (৫) অসেম চনু, (৬) কোনসম চনু, (৭) মাইবম চনু, (৮) অহোংশাংবম চনু, (৯) খুম্বোং চনু, (১০) ঙাংবম চনু অপানবী, (১১) নোংথোনবম চনু, (১২) ওইনাম চনু, (১৩) লংমাইথেম চনু, (১৪) ওইনাম চনু, (১৫) ৱাহেংবম চনু, (১৬) ক্ষেত্রিময়ুম চনু, (১৭) লাইরিকয়েংবম চনু, (১৮) লাইশ্রম চনু লৈমখুবি, (১৯) ঙাংবম চনু লৈমখুবি, (২০) অঙোম চনু, (২১) খাঙেনবম চনু, (২২) শলাম চনু, (২৩) কদাম চনু, (২৪) কবো ইরুংবম চনু, (২৫) এন্দ্রেনবম চনু, (২৬) চবুংবম চনু, (২৭) শাইরোম চনু, (২৮) তখেন চনু, (২৯) খুমন্থেম চনু, (৩০) উশম চনু, (৩১) খুম্বোংময়ুম চনু, (৩২) খুম্বোংময়ুম চনু, (৩৩) শাৎপম চনু, (৩৪) খোইরোম চনু, (৩৫) হাওবম চনু, (৩৬) সোরোকখাইবম চনু, (৩৭) থোকচোম চনু, (৩৮) চান্দম চনু, (৩৯) অকোইজম চনু, (৪০) মোংবিজম চনু, (৪১) শরুবম চনু, (৪২) লাইফ্রাকপম চনু, (৪৩) অচোইবম চনু, (৪৪) হোংনেমশুম্বম চনু, (৪৫) ওখ্রম্বম চনু, (৪৬) হাপুওইবম চনু, (৪৭) চাংখম চনু, (৪৮) খাইদেম চনু, (৪৯) সলাম চনু, (৫০) খুম্বোংময়ুম চনু অসিনি।

ইবেম্মা ৫০ সিগী মনুংদা চাদা-নাওদা থনম্বা ইবেম্মা তরা অদুদি:- (১) লাইশ্রম চনু: প্রসাদসিংহ, ঈ তাদে, (২) ঙাংবম চনু অপানবী: বৃন্দাবন তাবা পোকই, (৩) খুম্বোংময়ুম চনু: ট্রিভুবনজিৎ পোকই, (৪) খোম্বাংময়ুম চনু য়াইমা; রামসিং পোকই, ঈ তাদে, (৫) খুম্বোংময়ুম চনু নাহা: তিলান্তাবা পোকই, ঈ তাদে, (৬) নোংথোনবম চনু নাহা: ইশাময়ি পোকই, ঈ তাদে, (৭) ওইনাম চনু: মৈতাংতাবা হেমাঙ্গজিৎ পোকই, ঈ তাদে, (৮) লংমাইথেম চনু: শিলোৎতাবা পোকই, ঈ তাদে, (৯) লাইরিকয়েবম চনু: রঞ্জিৎ পোকই, (১০) ক্ষেত্রিময়ুম চনু: নদীয়াচান্দ পোকই, (১১) সলাম চনু: ধর্মশেতু পোকই।

গম্ভীরসিংহ/তুবী চীংলেন নোংদ্রেন খোম্বা মহারাজনা ইবেম্মা ১১ পান্নে। মখোয় ৯ দি শোইনাইদে । লৈমশিং অদুদি:- (১) শ্রীমতী মৈতৈ লৈমা লংমাইথেম চনু তুলসি পৃয়া: শোইনাইদে, (২) মাইবম চনু থবা: সনাহল মানরজিৎ পোকই,

(৩) নারেংবম চনু ধনবতি: শোইনাইদে, (৪) ফিজম চনু রূপশ্বরি: শোইনাইদে, (৫) লাইসোম চনু অপানবী অহল মেঘমালা: শোইনাইদে, (৬) পোৎশংবম চনু দেবযানি: শোইনাইদে, (৭) মাইস্নাম চনু অপানবী নহা কুমুদিনি: চন্দ্রকীর্ত্তি/ নাওজিংলেন নোংদ্রেনখোম্বা পোকই, নিংথৌ ওই, (৮) মাইবম চনু তুতেশ্বরি: শোইনাইদে, (৯) য়ুম্লেম্বম চনু রসবতি: শোইনাইদে, (১০) লংমাইথেম চনু গোবিন্দমালা লৈমখুবী: শোইনাইদে, (১১) অঙোম চনু তুলালি: শোইনাইদে।

**শোইনাইদে** ঃ- শোইনাইদে অমসুং ঈ তাদে হায়বা ৱাহৈ অনী অসিগী ৱাহন্থোক্তি মচা পোক্তে, মচা ধারা লৈহৌদে হায়বনি। অদুবু শোইনাইদে হায়বসিনা মচানুপা য়াওদবা নুপী ঙাক্তা পোকপা মতমদসু শীজিন্নে হায়না অখঙ-অহৈশিংনা তাকপী। ঈ তাদে হায়রগনা মচা শুংপোক পোক্তবগী ৱাহন্থোক পী হায়না হায়বী।

গরিবনিৱাজ মহারাজগী ইবেম্মা মাইবম চনুনা পোকপা ঙৌব্রাম ধরশাইনা ইবেম্মা ৩ পান্নে। মখোয়শিং অদুদি:- (১) মোইরাংথেম চনু তুঙ্গোঙম্বী: ইবুংশি কবুইঙম্বা পোকই, (২) মোইরাংথেম চনু পোংলেনখোম্বী: ভদ্রসিং পোকই, (৩) সিনাম চনু চন্দ্রাবলীনা রতনসিং পোকই। মচা নরসিংহনা নিংথৌ ওইখ্রবা মতুং চহী ৭ খুন্তাকৈঙদা কোন্না নিংথৌ ওইখি। মচানিপানা হান্না নিংথৌ ওইবা নিংথৌ অমা হায়রগদি ভদ্রসিংহনি।

নোংচুপ লমগাই ঙম্বা/ভদ্রসিংহ মহারাজনা ইবেম্মা ১৯ পান্নে। ১২ দি শোইনাইদে। মচা ধারা লৈহৌবা লৈমশিংদি:- (১) শাৎপম চনু লক্ষপৃয়া: ইবুংশি দুর্ব্বসিংহ পোকই, (২) থাংজম চনু হরিপৃয়া: ইবুংশি যদু পোকই। কোন্না নিংথৌ ওই, (৩) লোক্তোনবম চনু প্রেমলাতা: নরসিংহনে (নিংথৌ ওই), ইবুংশি যাদবনে অনীমা পোকই, (৪) ওইনাম চনু দেবযানি: ইবুংশি গুণ ঈশৈহনবা পোকই, (৫) কোন্থৌজম চনু লনহাম্বী: শোইনাইদে, (৬) মাইস্নাম চনু বৃন্দা: রঘুসিং পোকই, (৭) লাইরিকয়েংবম চনু গৌরপৃয়া: শোইনাইদে, (৮) থিয়াম চনু রুহিনি: শোইনাইদে, (৯) সরাইশম চনু খেমাবতি: শোইনাইদে, (১০) য়াঙম্বম চনু পদ্মাবতি, ইবুংশি দেবেন্দ্র পোকই। নিংথৌ ওই, (১১) মাইস্নাম চনু ভরনি: কমলাকান্ত পোকই, (১২) লাইরিকয়েংবম চনু চন্দ্রা: শোইনাইদে, (১৩) লৈতাম

চনু রক্ষবতি: শোইনাইদে, (১৪) অয়েকপম চনু কৌশিলা: শোইনাইদে, (১৫) থাংজম চনু: শোইনাইদে, (১৬) মাইস্নাম চনু থম্বালনু: শোইনাইদে, (১৭) থোকচোম চনু চন্দ্রমুখি: শোইনাইদে, (১৮) ওইনাম চনু লুকেশ্বরি: শোইনাইদে, (১৯) মোইরাংথেম চনু শ্রীমতী: শোইনাইদে।

নরসিংহ/ লৈরেন নোংলেন শেন্দ্রেং মনিক খোম্বা মহারাজনা ইবেন্মা ১৫ পান্নে। মখোয়শিং অদুদি :- (১) মহারানি হাওবম চনু লীল্লাইরোকপী, (২) ৱাহেংবম চনু রসনি অপানবী অহল, (৩) হৈক্রুজম চনু মালিকা, (৪) অচোইবম চনু অপানবী য়াইমা, (৫) ৱাঙম্বম চনু নিলশ্বরি, (৬) লাইশ্রম চনু জীবেশ্বরি, (৭) থোকচোম চনু তুতেশ্বরি, (৮) খোইবম চনু কুঞ্জমালা, (৯) চিংঙাখম চনু ললিতপৃয়া, (১০) ওইনাম চনু দয়াশ্বরি, (১১) লাইশ্রম চনু প্রেমলাতা, (১২) লংমাইথেম চনু পৃয়া, (১৩) হাওবম চনু টেজময়ি লৈমখুবী, (১৪) মাইবম চনু, (১৫) লংমাইথেম চনু অসিনি। মখোয়শিং অসিগী মনুংদা চাদা-নাওদা থনম্বশিংদি:- (১) মহারানি হাওবম চনু লিল্লাইরোকপী: গোবিন্দসিংহনে, ভুতসিংহনে, যদুসিংহনে পূন্না অহুম পোকই, (২) ৱাহেংবম চনু রসনি অপানবী অহল: প্রতাপসিংহনে, ভগিন্দ্রনে অনীমা পোকই, (৩) হৈক্রুজম চনু মালিকা: কেন্দ্রসিংহ পোকই, (৪) অচোম চনু অপানবী য়াইমা: গজেন্দ্রসিংহনে, সেখরসিংনে, কুনেন্দ্রসিংনে, খগেন্দ্রসিংনে, সুরেন্দ্রসিংনে পূন্না ৫ পোকই, (৫) ৱাঙম্বম চনু নিলশ্বরি: বৌধসিংনে, ভগবন্তনে অনীমা পোকই, (৬) থোকচোম চনু তুতেশ্বরি: তিম্বোনসিংনে, ধনেন্দ্রসিংনে, উরেন্দ্রসিংনে অহুমমা পোকই, (৭) খোইবম চনু কুঞ্জমালা: কেন্দ্রসিং পোকই, (৮) চিংঙাখম চনু ললিতপৃয়া: রদেন্দ্রসিং পোকই, (৯) লাইশ্রম চনু প্রেমলাতা: হেরেন্দ্রসিং পোকই, (১০) লংমাইথেম চনু: এথরসিংহ পোকই, (১১) লংমাইথেম চনু: বিগিন্দ্রসিং পোকই, (১২) মাইবম চনু: পুস্করসিংনে, উথেন্দ্রসিংনে, ভগ্যসিংনে অহুম পোকই।

মৈদিংঙু দেবেন্দ্রসিংহ/মনিক নুংলেনখোম্বা মহারাজনা পূন্না ইবেন্মা ৮৭ পান্নে। মখোয় অদুদি:- (১) শ্রীমতী মহারানি থিয়াম চনু তমলেন খোম্বী, (২) হিদাম চনু পার্ব্বতী, (৩) অহৈবম আখাম চনু ইন্দুরেখা, (৪) ঙাংবম চনু ধর্ম্মবতী, (৫) অকোইজম চনু চন্দ্রাবলি, (৬) হিদাম চনু চেতবলি, (৭) ওক্রম চনু সেখরবতী,

(৮) অঙোম চনু সুন্দরবলি, (৯) থিয়াম চনু সিংহ মালাবতি, (১০) চোংথাম চনু চন্দ্রিকাবতি, (১১) লাইফ্রাকপম চনু মালিকা, (১২) থিয়াম চনু সিংহগুণবতি, (১৩) লাইশ্রম চনু হেমলাতা, (১৪) পোৎশংবম চনু মুক্তাবলি, (১৫) ক্ষেত্রি চনু হেমাঙ্গমঞ্জুরি, (১৬) নিংঙোম্বম চনু রজনপতি, (১৭) চিংখ্বাম চনু নন্দবতি, (১৮) য়ুম্লেনবম চনু রূপবতি, (১৯) য়ুম্লেনবম চনু সিংহবতি, (২০) সোরাম চনু ভুজবতি, (২১) ঙাংবম চনু মদনবতি, (২২) অঙোম চনু চন্দ্রমুখি, (২৩) নোংথোনবম চনু মুহিবতি, (২৪) ক্ষেত্রি চনু সুর্য্যমুখি, (২৫) লাইশ্রম চনু শঙ্খবতি, (২৬) ওক্রম চনু পৃয়াদেবী, (২৭) থাংজম চনু ইন্দ্রবত্তী, (২৮) নাম্রম চনু পদ্মমালা, (২৯) শারুংবম চনু নবিনবতি, (৩০) হাওবম চনু পুর্ণমালা, (৩১) থিঙ্গুজম চনু চম্পকমালা, (৩২) মাইস্নাম চনু কুঞ্জবতি, (৩৩) লৈতান্থেম চনু কুমবতি, (৩৪) লৈশাংথেম চনু মেঘবতি, (৩৫) অকোইজম চনু অম্বুজবতি, (৩৬) অকোইজম চনু লিলাবতি, (৩৭) লোংজম চনু ধনপতি, (৩৮) নিংথৌখোংজম চনু মেহেন্দ্রিপতি, (৩৯) থোকচোম চনু সুন্দ্রাবতি, (৪০) য়াইখোম চনু অসরনবতি, (৪১) থিয়াম চনু চন্দ্রাবতি, (৪২) থাংজম চনু কেশবতি, (৪৩) লাইশ্রম চনু গোকুলপতি, (৪৪) ঙাংলোম চনু রুহিনিপতি, (৪৫) শমোম চনু গন্থিনিপতি, (৪৬) লাইশ্রম চনু লাবন্যপতি, (৪৭) নিংঙোম্বম চনু অরুণপতি, (৪৮) থোংঙাম চনু রমনপতি, (৪৯) এনশেম্বম চনু রুহিনীপতি, (৫০) লাইফ্রাকপম চনু আগ্নি পতি, (৫১) হিদম চনু কমলবতি, (৫২) তোঞ্জম চনু জসপতি, (৫৩) থিঙ্গুজম চনু পদ্মমুখি, (৫৪) নিংঙোম্বম চনু ময়ুরবতী, (৫৫) থিয়াম চনু গৌরপতি, (৫৬) লংমাইথেম চনু হরিপৃয়া, (৫৭) পুখ্রম্বম চনু যাতিপতি, (৫৮) কোংখাম চনু বহরপতি, (৫৯) য়ুংখাম চনু তুলবতি, (৬০) নোংথোনবম চনু মদনপতি, (৬১) কোন্থৌজম চনু রদনপতি, (৬২) থোকচোম চনু কিশ্বরপতি, (৬৩) ওক্রম চনু চুগবতি, (৬৪) লাইরিকয়েংবম চনু চাগপতি, (৬৫) ওইনাম চনু মৃলানি, (৬৬) থৌনাওজম চনু পদ্মবতি, (৬৭) লাইথংবম চনু কলাবতি, (৬৮) থৌনাওজম চনু অগ্রেবতি, (৬৯) ঙাংবম চনু কুলবতি, (৭০) লাইফ্রাকপম চনু তুলসিপৃয়া, (৭১) ওইনাম চনু সত্যবতি, (৭২) লাইফ্রাকপম চনু ইন্দুমুখি, (৭৩) কোন্থৌজম চনু রদনপতি, (৭৪) অকোইজম চনু দধিনপতি, (৭৫) ওক্রম চনু প্রভাপতি, (৭৬) য়াইঙৌয়েবম চনু ললিতাবতি, (৭৭) চোংথাম চনু তুঙ্গ, (৭৮) অঙোম চনু

হেমাবতি, (৭৯) ঙাংবম চনু রুদ্রাবতি, (৮০) ক্ষেত্রি চনু ধর্ম্ম পতি, (৮১) নাহাকপম চনু কুমপতি, (৮২) থিয়াম চনু যমুনাপতি, (৮৩) থৌনাওজম চনু সুশিলাপতি, ৮৪ দগী ৮৭ ফাওবা মমিং য়াওদে।

(১) থিয়াম চনু মহারানিনা সনা তাম্রধবজ পোকই, (২) অহৈবম আখাম চনুনা সনা ঝলকৃতিসিংহনে সনা হেমাঙ্গসিংনে সনা গোকুলসিংহগা পূন্না অহুম পোকই, (৩) ঙাংবম চনুনা সনা রুকাঙ্গদসিংনে সনা মউরজিৎনে পূন্না অনী পোকই, (৪) অকোইজম চনুনা সনা গোবিন্দসিংনে সনা দশরথনে সনা ভগবন্তশাইনে পূন্না অহুম পোকই, (৫) হিদম চনুনা সনা বুধসিং পোকই, (৬) লাইফ্রাকপম চনুনা সনা সিংহজিৎ পোকই, (৭) থিয়াম চনুনা সনা জমনজিৎ পোকই, (৮) য়ুমলেনবম চনুনা সনা দিগম্বরজিৎ পোকই, (৯) ক্ষেত্রি চনুনা সনা জগেন্দ্রজিৎ পোকই, (১০) লাইশ্রম চনুনা সনা তরুনজিৎ পোকই, (১১) নাম্রম চনুনা সনা এথরজিৎ পোকই, (১২) থিংগোম চনুনা সনা গোজেন্দ্রজিৎ পোকই, (১৩) লৈশাংথেম চনুনা সনা এথরজিৎ পোকই, (১৪) লোংজম চনুনা সনা দোরেন্দ্রজিৎ পোকই, (১৫) থাংজম চনু ইন্দ্রানি অপানবী অহলনা সনা কমলজিৎ পোকই, (১৬) সোরাম চনু উমাবতিনা সনা তুলজিৎ পোকই।

থিয়াম চনু সিংহ গুণপতি - করিগুম্বা ইমুং অমদা নুপী ঙাক্তা পোল্লবা, নুপা অমত্তা য়াওরক্ত্রবদি নুপা য়াওরক্লবা হায়দুনা থাজনবী অমগী মখাদা মচানুপীগী মিং মমাঙদা সিংহ তপ্পবা অমা চৎনরম্মী হায়না অখণ্ড-অহৈশিংনা হায়বী।

*লৌথোকফমঃ শঙ্গাই ফম্মাং*

নরসিংনা ৱাহেংবম চনু রসনি অপান্বী পান্নদুনা পোকপা ভিগিন্দ্র/ভুবনসিংনা থোকচোম চনু কমারি পান্নদুনা চাওবীয়াইমা পোকই। চাওবীয়াইমনা মোইরাংথেম চনু ললিতমঞ্জরি অমসুং থাংজম চনু চিত্রবতি পান্নে। মোইরাংথেম চনুনা রাজা ডুম্ব্রাসিংনে দেবসিং-ডিম্বোনসিংনে চন্দ্রহাসনে চুরাচান্দনে পূন্না মরি পোকই।

*লৌথোকফমঃ বি কলচন্দ্র শর্ম্মগী চৈথারোল কুম্বাবা*

চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা ইবেন্মা ১২ পান্নে। মখোয়শিং অদুদি :-

১। অঙোম চনু লুকেশ্বরি, সুরচন্দ্রনে (নিংথৌ ওই, থম্বৌসনা/কেশ্বরজিৎনে (নিংথৌ ওইদে), পাকাসনা/ভৈরবজিৎনে (নিংথৌ ওইদে), গোপালসনানে (নিংথৌ ওইদে) পূন্না মরি পোকই।

২। ওইনাম চনু ভীমেশ্বরি, ফৈজাওসনা/ঝলকীর্ত্তি পোকই।

৩। লোংজম চনু হরিমঞ্জুরি, শোইনাইদে।

৪। চোংথাম চনু কৌশেশ্বরি/থম্বাল্লৈমা, টেকেন্দ্রজিৎ পোকই। নিংথৌ ওইদে।

৫। চোংথাম চনু লুকেশ্বরি/থানিল্লৈমা, কুলচন্দ্রধবজনে (নিংথৌ ওই), গন্ধারসিংহনে (নিংথৌ ওইদে) পূন্না অনী পোকই।

৬। হাওবম চনু রূপবতি, অঙৌসনা/ভুবনসিং পোকই। নিংথৌ ওইদে।

৭। কোংখাম চনু চন্দ্রাবলি, শোইনাইদে।

৮। অকোইজম চনু খগুালেখি, জিলাঙম্বা/লক্ষমী নারায়ন পোকই। নিংথৌ ওইদে।

৯। চিংশুবম চনু মুখেশশী, শোইনাইদে।

১০। থোকচোম চনু চন্দ্রমুখি, শোইনাইদে।

১১। হৈখাম চনু যুবতি, শোইনাইদে।

১২। উশম চনু দুলবী, শোইনাইদে।

*লৌথোকফমঃ রাজকুমার সনাহলনা ইবা বীর টেকেন্দ্রজিৎ*